# জগোইশাবী

গুংশিংনা থবাক ফুল্লবা,
অকায়, নমথি—হানাইনা
হানকম থজেরবা, অমিবা
অনৌবগী চিল্লবা উত্তাই-
হিংবা মায়বা মীওইবগী
লাইরিক'সিদা উবিগনি ।

র নহারোল সাহিত্য সাভা ।

পুখ্রম্বাশামু

## থৌবিমল খওবা উৎচরি —

* মণিপুর মহারোল সাহিত্য সভাগী মফমদা
  - (ক) লাইরিক অসিবু অরাংবা থাক্তা চিংখৎপিবগী
  - (খ) ফম্বাকথক্তা অহানবা ওইনা পুথোকপিবগী
  - (গ) শেলতগী নত্তনা অকনবা থৌদাং কয়াগা লোয়ননা লাইরিক অসিবু ফোংদোকপিবগী
* সিভি থিয়েটরগী মফমদা

  লিলা ওইনা সকফোংবা মতমদা শরুক য়াবিথিবগী
* ইয়াম্বা য়ুমাম দেবেনকুমারগী মফমদা
  - (ক) লিলাগী অহানবা থৃৎইদ। অশোয় অ[illegible]ম য়েংবিথিবগী
  - (খ) শান্নখিবা মত[illegible] পৃ[illegible] চণ্ডনা ল[illegible] [illegible]কপিখিবগী
* মণিপুর গভর্ণমেন্ত ইদ্যুকেসন দিপার্তমেন্তগী মফমদা

  মমল য়ান্নবা শেলগী মতেং পীবিবগী

অইবা

অইবা:

পুখ্রম্বা শামু

অকোংবা:

মণিপুর মহারোল সাহিত্য সভা

কোংথগী মতম:

১৯৭১ ইং

অহানবা থূৎনম:

লাইরিক মশিং ১০০০

অনম্বা:

কে, পদ্মকুমার

সেক্রেতরী, দি মনিপুর কো-ওপরেতিভ পব্লিসিং সোসাইতি লিমিতেদ পাউনা বোদ, ইম্ফাল

লাইরিক ফংফম:

সভাগী ওফিস অমসুং ইম্ফালগী অয়াব্বা লাইরিক য়োনফমসিং,

মমল:

লুপা ৩.০০

লৈবা বিবিক অকোংবগীনি

## সাহিত্য সভাগী মায়কৈদগী—

মণিপুর মহাযোল সাহিত্য সভা হায়বা সংস্থান অসি মণিপুরী লোন অমসুং সাহিত্যগী সেবা তৌনবগীদমক লিংখৎ-চখনি। সভা অসিনা ওসি ফাউবদা অতৈ সংস্থানগুম্মা সাহিত্যগী সেবা তৌজরক্লি অমসুং তৌজখিগনি। তদি সার্কল কয়া পাঙথোকচদুনা সাহিত্যগী মশক খঙনবা থিজিন-খোৎচিনবগী থবক কয়াসু পায়খৎচরি। "জগোইশাবী" হায়বা ড্রামা অসি সভাগী মখিগুবা পোথোক-লাইরিক্নি।

লাইরিক অসিবু ইরিবা পুরুস্বাশামু নহা ওইরিবা সাহিত্য প্রেমীনি। মসিনা মহাক্কী অহানবা কোংবা লাইরিক ওইরবসু, ফোংত্রিবা অতৈ কয়া'মসু লৈরি। থম্ন'মনা লিলাগী ফম্বাক্তা উংগ্রে। "জগোইশাবী" লাইরিক অসিমক সভাগী চহিগী পোথোক ওইনা পুথোক্লে। অইবা মশামক কালাকার অমনি, মশামক্না লিলা অসি উৎপদা মরু ওইনা থৌদাং য়াখি।

ফোংদোক্তিবা লাইরিক্তি মীনা শকখঙবিত্রি; সাহিত্য-লৈকোমগী লৈরাং লৈচন অমসু ওইত্রি। হন্দক সভানা লাইরিক অসি পুথোকচবসিদা মীতৈ-সাহিত্য লৈকোনগী লৈরাং লৈচন অমা হাপকৎচরে, লোয়ননা অইবা মীশক হংমু খল্লিং হেনগৎ লক্লি থক্কে।

আই, এন, কাংজম
জেনেরেল সেক্রেতরী
মণিপুর মহাযোল সাহিত্য সভা
ইম্ফাল

সেপ্তেম্বর ২৩, ১৯৭১ ইং

# লিলাগী--শক্তাক

| নিপাগী শক্তাক | | খিতম | চহি |
|---|---|---|---|
| ১। | ব্রজমোহন | লেকচরর | চহি ৩২ |
| ২। | ইবোতোম্বী | হায়স্কুলগী ওঝা | |
| | | ব্রজমোহনগী চিরেন মহাপ | চহি ৩১ |
| ৩। | ব্রজনন্দ | পুলিশ ইন্সপেক্টর | |
| | | ব্রজমোহনগী মরাউ | চহি ২৬ |
| ৪ | কৃষ্ণচন্দ্র | [illegible] | চহি ৫৪ |
| ৫। | ইরাবোত | শ্যামকুমারীগী পাউখোল্লাই | |
| | | মিচুন কাবক-কাবক চোইবা | চহি ৩০ |
| ৬। | চাওথোই | পুলিস কন্সতেবল | চহি ২৭ |

| নুপাগী শক্তাক | | খিতম | চহি |
|---|---|---|---|
| ১। | শ্যামাকুমারী | জগোইশাবী | চহি ২৪ |
| ২। | সরোজলতা | ব্রজমোহনগী য়ুমগী নুপী | চহি ২৫ |

——X——

অহানবা তাঙ্কক্

# ১

## শ্যামাকুমারীগী ইমুং

### নুমিদাংৱাই

হাইকৈং লূ মাংল। কৈথেং নিঙথিনা তৌবা ইমুং অমনি। ওইরোম-থংবা নাকন্দা থারিবা তেবল মনাক্তা চেংকদা শ্যামাকুমারী ফমহনা খুৎনা সেংনবগী থবক অমা তৌত্রনা লৈ। থবক তৌরম্ব-দগী ইমুংলোমদা ওন্দুনা ইরাবতপু কৌই।

শ্যামাঃ তাইরাবত ! তাইরাবত !!

ইরাবতঃ (ইমুংদগী) করি হায়’গে ইবেম্মা ?

শ্যামাঃ (লাউথনা) ঐনা ঙরাং নংত্তোন্দা হায়রুচো হায়বথবু হায়রুরব্রাও ?

ইরাঃ (ইমুংদগী) হায়জরুরে, হায়জরুরে। অদুগী ওইরবদি করিমত্তা চিংনবিরুগনু। লক্ষ্মীদবু লাক্লম্বা যারে ; ইবো-তোম্বী বাবুথদি হায়নবা শোয়বা মীতাম্নু নত্তে।

শ্যামাঃ (ঙক্লা শোনবগা লোয়ননা) হায়মা ! করিনোনে হায়-রি’সিবো !! (অমুক কৌথনা) তাইরাবত ! কৈদোরিবগে

মঙবো ? অমুক্তা থোরকখো হায়বনি ।
করিনো নঙনা হায়রিবহুবো ?

(ইয়াবত থোরকই )

ইয়াঃ ইবোতোম্বী বাবুদা নুংথিল পুং ৩।৪ তাবগী অহুরাইদা অমুক্তা লাকপীয়ু হায়রকচো হায়বদাইনে ?

শ্যামাঃ (মথবাক য়ৈহনা ) ইমাইপেম্মা! ইমাইপেম্মা !! পুরশোয় শোয়রেদনা তৌরিবসিদি। ঐনা মংঙোন্দা হায়রকচো হায়বহুবু ইবোতোম্বীবুরনে তাইয়াবত ?

ইয়াঃ ইবোতোম্বী বাবুবু নত্রবদি কনাবুনোনে ইবেম্মা ?

শ্যামাঃ (থোয়দো শাওগৎনা) হম । মসিদি — । মহাবুহু হায়বহুদা হেক তাইয়ে। তামো ব্রজমোহন্দা হায়রম্মুকো তামো ব্রজমোহন্দা হায়রম্মুকো হায়হুনা চিমস্ন পাওন্ন'থৈ হায়খ্রগা ইবোতোম্বী বাবুদা হায়রম্মে হায়দুনা ইনুং হুংঙাই'থৈ তম্মরিব'সিবু— ঐবু করি ওইরসিগে, থনকম থঙত্রে হায়'রানি ।

(ইবোতোম্বীনা মপান্দগী কৌরকই)

ইবো৷ (মপান্দগী) ইমুং'সিবু কনা কনা লৈবগে ? চংজরকপগা য়াগত্রাও ?

শ্যামাঃ (থোয়দো শাওগৎনা) তো ! হায়রিবৈমেক্তদা লাকপূ লাক্লেনে !! ঐবু হোহুনা হেক চেনখিসিরা হায়বহু হেক য়ৌইদা সত্য ।

ইয়াঃ (মপাল্লোমদা ওবুনা ) লেংশিনবিরকউ বাবু লেংশিন-বিরকউ ।

শ্যামাঃ (ইরাবত্তা য়েংহুনা) হায়মা ! মসিনা তৌরিবসিবু করিনো'বনি। (ইবোতোম্বী চংলকই)

ইরাঃ (ইবোতোম্বীদা) বাবু, চিযারলোমদা লেংসিনবীয়ু। ঐ ইমুংগী থবক ইথাং অমুত্তা হোৎনজরুখিগে। (ইরাবত ইমুংদা চংখি)

শ্যামাঃ (ইরাবত্তা য়েংলগা ইবোতোম্বীদা খঙশঙ্ম মতাগুম) থুংশিদেদা মসিদি। অয়ুক্তো মেলৈ লাংবা ওইনা হেক তৌরদনা ! (ইবোতোম্বীদা) তাইতোম্বী, চিয়ারদা লেঙশিনবিয়ু।

ইবোঃ (চৌকিদা ফমহুনা) করিনো ওসিদি য়াম্না থুংওক থুংজা-ননা লৈবিরম্বীদা ! হকচাং থুংঙাইতববা ?

শ্যামাঃ থোইদোকপা ওমদবা লৈজদে।

ইবোঃ অহুদি ওরাং শৈফম থরা য়াম্না — ?

শ্যামাঃ ওরাং ইশৈ শকচরুদে।

ইবোঃ অহুদি কদাইদা শো?

শ্যামাঃ জগোইস্নু শাজরুদে।

ইবোঃ এ্য! অহুদি করি তৌবিরিবা? হকচাং ওমদবস্নু মত্তবা, হুমিদাং থেংনা তুম্বস্নু মত্তবা — মরম লৈতনবু হেক্তা মাইথোঙ হোংবা য়াগদবনে? নত্রগা, ঐখোয়নগা চঙলকপা অসিবু য়াম্না নিঙবা কায়না হেক্লবা জাৎলাও?

শ্যামাঃ খিৎ তৌশিনবিরকখিনুদা বাত অদো ! অহুগী শরাক-পুদি য়াম্নিহুম অমত্তা শাথিশিসে।

ইবোঃ ন্নারীবুদি চামথোক্না শাবা য়াইয়ে। (হায়ফেৎ মোক্ত না) অহুদা—, মায়থোঙ— থাজ নিংথিবী হুদা থাজদনা মায়হিং কারম্ব'ন্দা চুন্না মরম'হু খঙনিংলুবগী ন্নাদনি।

শ্যামাঃ অতু [illegible] তৌজিক্তি মায়হিং মাঙহঞ্জরবনিনা ন্নারেম তোকপিবা [illegible] য়ারেদনা ?

ইবোঃ হৌজিকপুদি য়ারে; শানিঙবা ন্নারীহু চামা থোক্না শারসে।

শ্যামাঃ নহান ঐনা হায়জখিব'হুবু কম্দোরবগে ?

ইবোঃ (নিঙশিংহুনা) নহান হায়খিবা হায়বদি !

শ্যামা. খঙঙ্গুবে খঙজরে। ঐখোয়বু মীকুপ অমা ফাউবা নিঙশিংবিব্রবা জাৎনি।

ইবোঃ খিৎ তৌশিল্লক'খন্নদা শ্যামা। মীওইববু কাউদবা ওম্মী হায়ব্রানে; পণ্ডিতশিংদস্ত ভরম তৌই হায়নরিবনি। ঐনা কাউথ্রবস্তু নঙনা অমুক হন্না নিঙশিংবা য়াদ্রবরাও ?

শ্যামাঃ হৌজিকপুদি অমুক হায়রক্তুনা কান্নদ্রে। নহান্না ওম্মোই হায়না হায়দোকশিল্লবনা ন্না অমনি। অহুস্থ নত্তনবু, মীগী মমাঙদা ঐদি চংশি শিরেদনা। ওসিদগীদি হেনবা য়াররোই হায়না চামরক হন্না তাইতোম্বীদা ঐনা হায়জখিবা নম্রাও ?

ইবোঃ (থংনিঙ— নিঙশিংলকতুনা) য়েঃ য়েঃ য়েঃ !!! লুপা চামগী ন্নাফমহু ওইরেকো ! মহুগী ওইন্নবদি ঐ কাওবকা নত্তেহে শ্যামা। হৌজিকস্ত ঐখোয়গী মন্নাপ অমা থেংনহনা মাতোন্দগী লোগে হায়হনা তাংনন্নিবনি।

শ্যামাঃ করম্বা মতমদা লৌবীরুগদৌরিবা 'হৃদি ?

ইবোঃ ঙসিমক্কী য়া ওইরবদি মাগীস্থ গতি লৈহৌদে। অদুবু নঙগীসিবু করিগী শেন্নো, হয়েং হংচিৎ ফাওবদং চোম্বগা'সিবু ইয়া য়াররোইদবা জাৎলাও ?

শ্যামাঃ য়াত্রবা জাৎনি।

ইবোঃ মরম'ম্বু করিগীনো হায়বা ?

শ্যামাঃ মরম হায়ববু— চোংথাম মায়পাকপীদগী 'পারিজাৎ পরেং' অমা লুপা চামঙা যাঙ্খেদা লৌরুবগীনে। লুপা চাম্মরিয়াঙ্খেদি পীখৎহগা, লুপা চামা রাৎলিবা অসিমদি এৗনা ওৎতুনা খল্লকপসি থা ৭/৮ লোম শুঙ্কিল্লক্লে। অৎনা মসি অসি শোয়রবাদ ঐ শিখি-বনা হেন্না করে

ইবোঃ অদুবু ঙাইবগী ঙ.হবা মাস্থ হয়েং ফাউবদং ঙাইবদি য়াইদনা!

শ্যামাঃ মদু ঐ ঙাংনবা শুবঙম ঁমজররোই ঙসি অসি তাইতোম্বীগা ঐগা ঙাংনখি হায়দুনা মঙোন্দস্থ ঐনা অরোইবা মুমিৎ থাগ্রবনি। মতম ওইরক্লে, লাকপু লাক্লগনি। ঐগীসি তাইতোম্বীদা লৈখিবা পৈশাহুপী রাকম ঙাকস্থ নচ্চদে; পংলান লামন্ত খনবিহু।

ইবোঃ অদুবু—, হৌজিকপু ঐমা তোগদবা উপাই'সিবু করিনো ? (তৌফম খঙদনা মকোক হোৎলি)

শ্যামাঃ উপাই লৈ.বীত্রগনা মীগী মমাংদা দুপী ঐমা চাশি শিজবা হায়বদুদা তারেদনা।

ইবোঃ (অান তাদনা হৌগৎলগা) ইস! শ্যামা, নঙমা ঐগী ওৎপ'সি ওৎলিহৈ সত্য !!

শ্যামাঃ হায়মা। 'সিবু ওৎপগী য়ারনে? ওহোল্লা পুকচেল মাংনা থনবীরম্বদকো।— ঐথোয়না মিঙজক্লবা অসিগা—!!

ইবোঃ করেনে, অদো,—ঐ শেল থিরুথিগেঃ করিগুম্বা মাইপাকপী লাক্লবস্তু ঐবু ভাইহাক্তা ভাইহল্লমথো থঙলবরা?

শ্যামাঃ থম থুনদি লাকপিয়ুকো?

ইবোঃ য়ারি'মথৈ থুনা লাকে।

শ্যামাঃ (য়েংহুনা) মালং খোঙলোয় ওইরিবো লৈব তারহুনা লৈহি চুপকে থল্লিবা অপঙবা খোইমু। নঙগীদমক্তা য়াথিদা !!

(ইয়াবত চা কপ অমা প্লেট অমদা হাপ্লুনা পুথোয়রক্লগা শ্যামাদা ওন্না য়েংহুনা লৈ)।

ইয়াঃ ইবেম্মা!

শ্যামাঃ (লৈশিল্লকপদা উহনা) করিগী চামো অহুদি ভাইয়াবত কমাগীনো?

ইয়াঃ ইবোতোম্বী বাবুগীনিনে করিনো।

শ্যামাঃ নঙবু কনানা চা লোমবীয়ু হায়বগে—চা চিনি তিংবনবা।

ইয়াঃ মী লাক্লবদি চা লোনগদবনি হায়বদাইমে?

শ্যামাঃ অহুবু ঐনা লোম্লু হায়রগা লোনগদবনি হায়বনি। চংহল্লিংদবা, চা পীথকনিংদমা, মী লাক্লগস্তু চা পংজেক্লগা লোল্লগয়াও?

ইয়াঃ (অতক নোমহনা) ও ও ও! মী অদিবু চা পীথকপা য়াবা য়াদবা হায়না মথল থায়রিবা কাং ওইরে।

শ্যামাঃ থায়রিবনি, মহু নত থওগদবনি।

ইয়াঃ ইবোতোম্বী বাবুথোয়সিনা চা পীথকপা য়াদবা মী?

শ্যামাঃ কাহি মঙনি।

ইয়াঃ অদুদি ইবেম্মদা হংহোদবা ঐনা লাক্লেদকা! অদো— চা'সিদি ইকেম্মা থকপীয়ো।

(শ্যামকুমারীদা চা পী)

শ্যামাঃ ঐ চা থকনিংদে।

ইয়াঃ অদুদি 'সিদী কমদোবা তারবা?

শ্যামাঃ নওপী তারেদমা।

ইয়াঃ (হয়াউনা) য়েঃ! অদুবু ওইরবদি করিস্নু কায়দেসে (অমুক্তং চা চিংলগা) ইস! ওহোম্না চাউপ্রপোৎনিনা 'সিদি! (ব্রজমোহন চংলকই)

ব্রজঃ (নোকনা) ইস! মপু মনাই য়াম্না হুংঙাইনা নৈমিন্নরম্মীদা!

শ্যামাঃ (হয়াওনা) ও তামো; চিয়াবলোমদা লেংশিনবীয়ু।

ব্রজঃ কৈদা কৈদা। (চৌকিদা ফমী)

শ্যামাঃ মহান ভুমিদাং অমুক্তা লেংবীরকউকো হায়দুনা অদুক য়াম্না ফজনা হায়জপ্রগা লেংওকু,বদি কৈদোনকা?

ব্রজঃ ঐস্নু লাকে থনবনি। অদুবু, মতম অসিনা— লাক হেক্তা লাকপা য়াদেনে শ্যামা।

শ্যামাঃ থওজরে, লাকে হায়না চপ— য়ুংনা নিংথিজনদবু

মাওম্বগী মতম্না শংদবা হৌনব্রাও ? লাকপিনিংদবদগী য়ানিসে ।

ব্রজঃ অহুগী হায়রুরবদি, নহাক্কী লাকহন্নিংবদগী, ঐগী লাক-নিংলনা হন্দ্রেদ তাইমস হেল্লিবনি ।

শ্যামাঃ হোয় অহুগীবুদি; চিনবানদা থুম্বা লাংবন থাগী খোই-হিদো পুক্ন্‌দদি হুগুম থারিদনা !

ইয়াঃ অথাবা অহু পুক্ন্‌দদি শিদ হিদাক্নি ।

ব্রজঃ (নোক্নুনা) চুম্মে, চুম্মে । ঐগী ইহুত্তা ইয়াবতনা পাউ-থুম পীয়ে ।

শ্যামাঃ তাইয়াবত নত্ত্‌ চৎলো ; চা কপ অমত্তা নিঙথিজনা শেম্মকউ ।

ইয়াঃ ও, ব্রজমোহন বাবু অসিনা চা পীথকপা য়াবা মী হায়বহুরা ইবেম্মা ?

শ্যামাঃ নংঙোন্দা মহু অমুক নিতিগী তাক্নখিগব্রাও ?

ইয়াঃ হুম, অহুগী য়া নৎচদেদা । নহান'থৈদি অমসু অমসু পংপি মপিথকই, অহুবু ঙসিদি নিয়ম অমা হোংখি'গুম তৌবসিদা—।

শ্যামাঃ অংবু, চাহু অমুক্তা শেম্মুখো হায়বা— থরা থুনা ।

ব্রজঃ শেমহন্নুহুদা, ঐ হৌজিক্তা থক্নকপদা মঙাইরি ।

শ্যামাঃ অহুবু, অতিথি সেবা থরদি তৌবা য়াইদনা ? ঙসিগী দমক্তদি অদোম্ ঐগী অতিথিনি ।

ইয়াঃ মান্নি মান্নি; অচম্বা অতিথিগীনা চা-সেবা; হুংশি

অতিথিগীনা হুংশি-সেবা— । (ব্রজমোহন্দা) করি হায়রগে বাবু ? (চা চিংই ।)

শ্যামা: (লাউরগা) তাইরাবত !!

ইরা: (খংলপা) চৎচবে ইবেম্মা ! (চা খংচিং চিংশিনবদা হাছনা থবাক পায়না পায়না চংখি । )

শ্যামা: ওম্বোকপা মীনিংদা মসিদি । (ব্রজমোহন্দা) তামো য়ারোঁবিগনু; ময়ামগা মান্নদবা, মবুদ্ধি চোইবনিনা মানা থোকপা পংঙাং ঙাংজবা হায়বগুনি ।

ব্রজ: করিগী শাউরুনি হায়বগেনে; মাদি অচুম্বতা ঙাংলিবনি ।

শ্যামা: করম তৌনা চুপ্লিবা ?

ব্রজ: নঙনা ঐবু অচম্বা অতিথিনি খন্নুনা চানা সেবা তৌগে খল্লিবা অহুমি ।

শ্যামা: মহু নত্তে ঐঙোন্দদি ।

ব্রজ: করম্না ?

শ্যামা: ঐগীদি ইতিক ইপা চাদবা য়াথল অহু খঙবা ঙমজরুদবগী য়াতনি ।

ব্রজ: কনানা কনাগী মতীক-মপা চাদবা ?

শ্যামা: ঐহাক জগোইশাবীনি, তাবেনা অচৌবা ওখিসারবি । অহু ওইরবদি খনবিরোদনা— কনানা কনাগী মতীক চাদে ।

ব্রজ: ঐদি মায়কৈ অদোমদা মীগী গুণ-চাং ওনবা ঙমদে ।

শ্যামা: করম্বা মওংদা ওনবিগে হায়রিবা ?

ব্রজঃ থমোইদ'।

শ্যামাঃ করম তৌনা ?

ব্রজঃ খম্বগীদমক্তা থোইবী মতীক চায়; সেলিমগীদমক্তা অনারকলি, মতীক চায়। ফরহাদকীদমক্তা শিরিনস্থ, পেরিসকীদমক্তা হেলেনস্থ মতীকচাবী ঙাক্তনি অহুবু ঐগীদমক্তা নঙ অসি মতিক চায় চাদে হায়বদি ঐ হাৎবা ঙম্লোই।

শ্যামাঃ মরমদি ?

ব্রজঃ মরমদি— নহাক্না নহাক নশামকপু ঐগীদমক্তা মতীক চাদে হায়না খঞ্জরবনিনা নঙগী থমোই অহুবু ঐনা উফম থোক্লবা।

শ্যামাঃ মহুদি তামোগী ওন্নতৈনবা রাথন্নি। ঐনা মন্না ওইনা কিজবদি, ওক্তবীনি হায়হুনা সমাজনা বদনাম পীশিনবীরবী ঐখোয়না মরম ওইহুনা তামোগী মিংচৎ থীবক্কদ্রা অসিতগীনি।

ব্রজঃ মহুদি ঐহাক শুকখনবু থল্লুদে। ঐনা অমুক্ক হেন্না কিরিবদি লৈখোঙ শংবা মহু চাউবা লিন ময়াম অসিবুনি।

শ্যামাঃ কনাগী লিন ময়াম ?

ব্রজঃ নঙগী থমোই লৈরাং অহু ঐগুম্বা অতোপ্পনা হেকখিদনবা হায়গুনা নঙগী লৈখোঙদা কোইয়েৎ য়েৎশিন্দুনা শঙশিবা ইবোতোম্বী খোয়গুম্বা মহু ঙাউবা লিনশিংদো!

শ্যামাঃ মহু চাউবা লিন কনাসু শঙদেনা ঐগী লৈংখাঙদদি।

ব্রজঃ খ্বাইদগী মহু চাউবা নম্বর রান লিন্দি ইবো· তোম্বীনি।

শ্যামাঃ য়েং, মহুদি করিসু লৈতবা রানি তামো।

ব্রজঃ করিসু লৈতে হায়বা য়াদে শ্যামা। ইবোতোম্বীগা ঐগদি লুনা তিন্নরিবা মরূপশি। অহুগীসু মথক্তা, ঐদি মাগী মরূপ অমা ওইনা নঙ্গা থঙনরকপনি। নহাক্কা হায়া মরী লৈনরম্বদি মহাক্তি।

শ্যামাঃ অহু ওইরবসু ঐহাক নিঙ-তমজরিবীনি; হৌজিক ফাউবা কনাগী মথা পোঞত্রি। জগোইশাবীনি হায়-বগী মীনা উশিং-থওইবিত্রবস্থ, সুংশিজবা কনাগী মফমদা কচ্চনিঙবা ঐগী থমোই নিঙতম্না কচ্চনবগী অধিকার লৈজরি।

ব্রজঃ শ্যামাকুমারী!

শ্যামাঃ অহুবু তামোখোয়গুমবা মমল য়াম্বা মীগী মফমদদি, ইশাগী মমল য়েংদনা, লৌবিনি লৌবিরোই খঙদনা, থমোই অসি লাম্হোকপা ঙমজদবগী রানি।

ব্রজঃ ঐনা লৌননবগীদমক থুং অসি তিংথোক্লবদি?

শ্যামাঃ ঐগী ইন্নাইবক ফবগী রানি।

ব্রজঃ অহুদি নহানমথৈ তিংথোক্লনা থম্লবা ঐগী থুং অসি নহাক্লা করিগী উবা ফংত্রি?

শ্যামাঃ অয়েপ্পা পূকচেল থঙদবদগী।

ব্রজঃ মহু ঐ থাজদে

শ্যামাঃ অদুদি করি তৌরগা থাজবিগনি ?

ব্রজঃ ঐগী থমোই অসিবু পেলহন্নগা ।

শ্যামাঃ করম তৌনা পেলহনগনি ? পেলহনবা য়ায়বসিমক। য়াম্না লুবা থবক অমনি ।

ব্রজঃ মুংশিদবা মীগী মকমদদি, চুম্মি, য়াম্না সুই ।

শ্যামাঃ পেলহন্নবা হোৎনজরিবা ঐগী সেবাহুদা তায়োনা পেন-বিত্রবদা পেলহন্নবা ঐগী করম্বা শক্তি লৈরিবগে ?

ব্রজঃ অহুদি, ঐনা পেনগদবা থবক অমা নহাক হেক্তা তৌবা উমগদরা ?

শ্যামাঃ করিগীদমক্তা ঙম্লোইদগে ? অহুগা, তৌবতদি মুংশি মুংশি হায়হনা লৌনম লাংদি থাকপিয়ু ।

ব্রজঃ করি হায়বা শ্যামা ?

শ্যামাঃ (ইশৈনা পাউথুম পীরকই)

## ইশৈ

নওতা থমোই লাহোকপিয়ু .
ঐসু থমোই পীজগে ।
মুংশিদনা মুংশি শা
লৌনম্বিগে থনবিয়ু ॥
উনালক্তা লোৎচরিবী
লৈরাং গুলাব পাংথন্নি।

পামেল নাক্তা হৌজরিবী
তাংজ উরি পুন্সিনি ॥ —সুংশিদনা.........॥
রেলহৌঙৈগী সুংশিববু
থাজরুবী ঐহাক্নি ।
পঞ্জিরমদাই মত্তমদস্মু
থাদোকপিস্মু লোইয়ুম্বা ॥ —সুংশিদনা.........॥

ব্রজঃ লাম্হোবচগে; চৎলসি লাকও ।

শ্যামাঃ (ওক্লম্না) কদাইদা ?

ব্রজঃ সিনেমা য়েংবনিদনা, টিকেটস্মু এডভান্স বুক তৌরক্লবনি ।

শ্যামাঃ অদো- চাদদি থকখিসিদমা ?

ব্রজঃ (ঘড়ী য়েংহনা) হয়, হোটেলদা থক্লরসি। সিনেমা হৌরক্লগনি ।

শ্যামাঃ অস্মু ওইরগনা তাইরাবত্তা চা শেস্মুরস্মু হায়রক্লগে?

ব্রজঃ হায়রক্লরগুনে; চা কপ অমথক শেম্বদি ঐনা থক্ত বস্ম ইরা-বতনা থকচবা য়াইদমা । 'অমুকস্মু ঘড়ী য়েংলগা) হেন্না, থেংথ্রে; চৎলসি লাকওনে।

শ্যামাঃ হোয়, লোইজরে।

(মথুৎমা পায়রম্বা পোৎ পুশিন্দুনা চংখি, বেগ পায়হনা থোক্লকই। থুৎকা-থুৎকা, মিৎকা-মিৎকা মোকমিমহনা থোকক্লিথি। তাইহাক লৈরগা ইরাবত মথুত্তা চা কপ অমা পায়হনা থোক্লকই।)

ইরাঃ (ওল্লা, কোইয়েং য়েংহুনা) ইবেম্মা ! ইবেমা'শ্যামা ! ইবেমা'শ্যামাকুমারী ! ইবেম্মা।......... ও, নৈত্রেদনা ! চাকা অমত্তা থকনি থওদ'মথৈ চৎপ্রবা। (চাদা য়েংহুনা মোল্লগা) অহুদি, হন্দক্নৌ'সিমন্থ ঐগী তারবা ! (নোল্লা চা চিংতি।)

---

# ২

## নুংরগী নখী

অয়ুক— ওকিস মতম

ব্রজমোহন অমসুং ইবোতোম্বী য়ারী শান্নুনা লাকমিন্নৈ।

ইবো: অচুবু কমদৌরিবা জাৎনো ? ইন্তরমেদিয়েৎ পাস তৌরবী মহাকপু থবক অমা ফাউবা তৌহন্দনা থম্লিবহৌবো — ? নত্তে, সব্রোজলতানা থবক তৌর- বদি থরদা ওইরবস্তু মরূপকী মতেং ওইনগনি হায়রিবা।

ব্রজ: ঐনা পামজদবননি মরূপ।

ইবো: করিগী পামদ্রিবনো— ফুগীনা অসি য়েৌনা ইমুং পুনরবা যুগ'সিদা ? মসিদনিনে ঐনা মরূপপু য়োং থীংলিঙৈগী ফিভমদা অসুম্মক লৈরে হায়হনা হায়ল্লিবসে।

ব্রজ: ফুগীনা মপান থোক্কুনা থবক তৌম্নিবসি নিপানা মতীক চাদবদগী থোকপনিনে মরূপ। নিপা থোকউ, থৌনা ফো— ফুগী মপান চানিংলাই লৈম্নিবরাও ?

ইবোঃ হুপীগী মপান চাবা ঙাক্তগী রাস্থ নত্তেদা মরূপঃ নিপা-হুপী পুন্না রামিন্নবা-হুংঙাইমিন্নবগী রানি। হৌজিক্তি, মরূপস্থ খঙবিরিবহুনি, নিপানা তৌবা য়াবা থবক খুদিংমক হুপীনস্থ তৌবায়াবগী অধিকার লৈরে।

ব্রজঃ মহু পুন্নমক ঐ খঙলে, তোরূসি। মরূপপা ঐঙোন্দা হায়গনি হায়বহৈবু করিনো। মহূহুম হায়বিরো।

ইবোঃ (নোক্তুনা) ঐগীসি ইকাইখনবদগী হায়বা ঙমত্রবনিনে মরূপ।

ব্রজঃ অহুবু, রাহুদদি হান্না তাখিসিদনা।

ইবোঃ অহু— য়াদবকা'দি তৌবিগন্নকো, থাজবগী মথক্ত হায়জ· গদৌরিবনি।

ব্রজঃ হোয়নে, রা অহুহুম হায়'বিবোনে— করিনো ?

ইবোঃ হেরা, সিনিদা মরূপ। ঐনা শ্যামাকুমারীদগী সবা শল অনিখক্তী খুদোপ অমখক রায় হায়বা। অহুগা ঐখোয়গী ইনাউ শকহেনবহুনা লুহোংবা অমা চৎপদা শিগনি হায়হুনা পুংবিপ্রগা তাহৌরে হায়হুনা লাক-এনে। মসিদা ঐদি ইকাইবনা শিকা হায়বহু হেক য়ৌরে মরূপ। করিস্থ লৈতবা খুদোপ অহুপীদমক্তা ঐ শ্যামাকুমারী খোয়দকাস্থ চংদবা কুইয়পোৎনি। মানবুদি কম্লিস্থ হায়পোত্তেয়ে; অহুবু ঐনা পংইক্তা ইকাই-প্রবা। অহুনা মরূপ, ঐনা হায়জবদি, মরূপকী ভলবকা থাংজবদি, (খুদাংদগী মড়ী লৌথোক্তুনা) হুমিৎ নিনি

হয়িদা মসি অমুক্তা লৌবিয়ু; ঐগী তপবা হেক ফংবগা লৌথোকচগে হায়জরিবা।

ব্রজঃ হেয়া মরূপ, ওহোক-ওহোকপা। করিগীদমক্তা মতৌ অমুক লৌগদৌরিবনো ? নৈবু-নৈনরবদি করি নৈবা পোৎনো'হৌবো। মরূপ মপাং হায়বসিদি অমগা-অমগা মতেং পাংনগদবনি; নৈতবগী রাদনিসে।

ইবোঃ হায়রি'সিবু তপব ফংখিবরনে ?

ব্রজঃ তপবপুদি ফংঙে।

ইবোঃ অহুদি কদাইদা থম্মীরুরবা ?

ব্রজঃ শ্যামাকুমারীগী খুত্তা।

ইবোঃ যুম্নোমদস্তু লৈহৌত্রবরনে ?

ব্রজঃ কদাইদগীনোনে মরূপ। (নোক্তুনা) নওনা পুশিনবিরে ঐবু স্বর্গগী নন্দন কানন্দা, নংনা উহনবিরে ঐঙোন্দা অপ্সরাগী নিওথিবা শাথেক, নওনা পওথহল্লে ঐবু সোমরস্ পীথক্তুনা কদাইদনোনে ঐনা যুমগী রাখল থম্মুগদৌরিবা ? ব্রজনন্দগী শেল ফাউবা ইশানা থাবা ওমদহনা, হৌথিবা থাগী শেল অহ্ ইকুতোন্দগী পুরগা থাখি। হন্দকী থাগীসু মঙোন্দগী পুরুগদৌরিবনি। অহনমি ঐনা পুং নিপান্দা তারিঙেনা কোনেজ কাগে হায়হনা থোরক্লিবসে। ইকুতোনথোয়দা কহু-থিগদৌরিবনি।

ইবোঃ (শকফম হত্তিশুনা) ইস! অহুদি করম ভৌগনি। [illegible]

ইকাইখ্রেদা সত্য ! মরূপ, য়ারবদি নওবু উপাই অমত্তদি য়েংগু কৈদোঝগে ! ঐগীসি ইকাইমনবদগী হায়-জয়বনিকো।

ব্রজ: (রাখল থল্লুরগা) উপাই হায়বযু অমদি লৈ মরূপ।

ইবো: (হাইকেং হয়রাউনা) কদ্রি উপাইনোমে মরূপ ?

ব্রজ: ওসি ফুমিদাং অসি শ্যামাকুমারীখোয়দা চৎলগা, নওগী খৌদোক অসি ভন্নহনা, "ঐগী শেল অন্নদা মরূপ ইবোতোম্বীগী শেল অস্নুক য়াউরিবসি, মগু নওগী খুদোপ অহুগী পৈশা-ককশিন্নরো" হায়না হায়রুবা —মসিমদি ঐ ওম্বী।

ইবো: অহুবু ওম্বীরবদি মঙোল্লগী লৌথোক্লগা শীবিবসু ওম্বীরেদনা !! হায়বদি ঐগী শেন্নি হায়হনা লৌথোক-পিরক্কদবনিনা করিস্নু কায়ত্রে হায়জরিবা —।

ব্রজ: অহুদনে মরূপ — !

ইবো: অহুবু মরূপ, ঐস্নু মরূপগা হায়বিরিবা মওং অহুদদি খজিক্কং ইকাইজেনে। খওদেদা, ঐগী ইকাইবসিদং কোক্লনবা করি তৌরগা কগদগে হায়মদো, মরূপগা থম্নগম্ন অহুম হোৎনবিরো। ঐগী অক-কন্তা তাম্নকম হায়বযু মরূপগুদি ; কনাস্নু লৈজদে।

ব্রজ: (রাখল কন্দূনা) ইস! অহুদি করি উপাই লৈরি !!

(কোয়চৎ চত্তুনা রাখল থল্লি।)

শ্যামা: নত্রীদিসি উপাই থিবা থওমল্লক্তম্লুনা হায়জবনে ; তনব

হেক ফংবগা শোয়জরোই ; পঙথা-থাজদবন্র তৌবিগনো ।

ব্রজ: হেরা ! ওস্নোক ওস্নোকপা ! অহ্নগী রা নচ্চদেদা ।

ইবো: অহ্ন কমদৌবিগে হায়রিবনো ?

ব্রজ: ( রাখল থল্লুবদগী ) ফরেনে, অহ্ন হোৎনরবা হায়ব-হুনিদনা ।

ইবো: করম্বা মতমদা উনসি হায়বা ?

ব্রজ: হোরেন হুমিদাংরাইরম ওইনা হেক উনরসিনে ।

ইবো: মফমদি ?

ব্রজ: শ্যামাকুমারীথোয়দনিদনা !

ইবো: য়েঃ য়েঃ য়েঃ য়েঃ ! সর্ব্বনাশ । পুন্নাঙ মাঙলেদনা ! পৈশা য়াউজিভৈদা ঐ মাগী মনাক্তা চৎপা য়াপোত্তে ।

ব্রজ: অহ্নদি কদাইদা উনসি হায়বা ?

ইবো: ( নোক্ন্না ) উনফম নম্বর টুদা ।

ব্রজ: ফরেনে, অহ্নদা উনরসিনে ।

ইবো: অহ্নদি ঐশু লৈহৌরগে, নঙগী থবক্ন্ চথোক্ন্নো ।

ব্রজ: ডাইহাক চৎমিন্নরুসিদনা, থবক লৈব্রাও ?

ইবো: থবক লৈব-লৈত্তবদি অরাইবনি ; খায়' মরু— চাক চাত্রিনে ।

ব্রজ: অহ্নদি ঐ অমুক্তা য়োরুখিগে, লৈহৌরোনে ।

ইবো: করে য়োথোক্ন্নো ; বাই বাই !

ব্রজ: বাই বাই !! (ব্রজমোহন চৎখি ; ইবোতোম্বী য়েংহৌই)

ইবোঃ (য়েংলুরগা) হুংঙাইদা ব্রজমোহন! মঙদনিহৈ ইবো-তোম্বীগী মরূপ! ইবোতোম্বীগী লৌনম লাংদা নঙ থুরেদো! ...... লৌথোক্কে, চাথোকে, লৌনম তৌদ্রনা থাজহল্লগা নঙগী ঈ চূপকে। নঙনা ঐংগী থুত্তগী শ্যামাকুমারীবু মুমথিবা, ঐনা নঙগী নকমদগী থক-থক কংনা ঈ চূপ্পা!! য়েংগে, হৌজিক নঙনা করম তৌনা থাঙবগে হায়বদো!!! হা হা হা হা!!



ব্রজমোহনগী য়ুম ( মাঙ্গোল )।

ওফিস কায়মদাই।

(ব্রজমোহনা মফি শেন্দুনা নৈরিংউদা সরোজলতা কোট পাক্লমবা থোক্লকই। ব্রজমোহন্দা কোট পী, কোট নীৎশিনবী )

সরোঃ হন্দক মরক তৌবিরক্লিবা মওং অসিবু করিনো ? য়ুমদসু নীংথিন্নুংঙাইনা হঞ্জিনবিরক্তে। চৎপিরিবা লমচৎ অসি থবা থাদোকপিবনা ফৈ ; নত্রবদি, ইমুং অসি ঙাংনা তপ্না পানগনি হায়বা কয়া থাজরক্তে।

ব্রজঃ সরোজলতা, তুমিন নৈয়ু। য়ুমগী মপী অমনা মাগী মপুরোইবগী লমচত্তা অহু য়োনা য়েংশিনগদবা নত্তে।

সরোঃ তুমিন্না অসুম পংশিন্দুনা নৈনবগী মতম অহু হৌজিক্তি হেনখ্রে। ইপামদা নৈরিংঙৈ মতমদা ঐ অসি ইনা ইপাগী ওইরম্লবসু হৌজিক্তি ঐগী থরাই হকচাং পুম্ন-

মক নহাক্কীনি। অদুনা নহাক্কী অরাবনা ঐগীসু অরাবনি; নহাক্কী মুঙাইবনা ঐগীসু মুংঙাইবনি।

ব্রজঃ অদু ওইরবদি ঐনা চৎলক্লিবা পুন্সিগী লম্বী অদুদা নহাকস্থু অদুম্মক ভুমিন্না ইনবা তাই।

সরোঃ অদুবু, নঙগী ওইরবী ঐ অসিনা, ঐগী ওইরবা নঙ অসিবু পুন্সিগী অফবা লম্বীদা চৎহন্নিংঙি; অদুগীদমক্তা ঙাঙদবা য়াদদুনা ঐসু শাঙলিবনি। পুন্সিসি কপ্প-কপ্পা লেনবগী মতম্তা, নোক্ল-নোক্লা লেনব'দুনা হেন্না পামজে ঐদি।

ব্রজঃ (তানিঙদনা) পুন্নমক খঙলেনে ঐসু। অরাববু পাম্বা জগৎসিদা কনাসু য়াওপোক্তেনে সরোজলতা; মুংঙাইবা পাম্বা ঙাক্তনিনে খঙলবরা? নঙসু মুংঙাওয়া পাম্মী, ঐসু মুংঙাইবা পাম্মী; মাগী মাগী মুংঙাইনবা লম্বী য়েংনবা ঙাক্তনিনে মীওইবা পুম্বা।

সরোঃ অদুবু নহাক্লা অফবা লম্বাদা চৎপিদ্রনা ফত্তবা লম্বীদা চৎপিরকপা তারবদি, মদু ঐনা খঙনা-খঙনা য়েংদুনা অমুম লৈজবা ঙম্লোই।

ব্রজঃ ফত্তবা লম্বী হায়বনা করিনো, অফবা লম্বী হায়বনা করিনো? মাগী মাগী মুংঙাইনবা য়েংদুনা চৎনরিবা লম্বী অদু মাগী মাগী অফবা লম্বানি খঙলবরা? অদুনা ঐসু, ঐগী অফবা লম্বীদা চৎচারিবনি। নঙনা ঐগী ইথুং ইনবা তারবদি মা ঙাংবা তৌদনা অদুম্মক ইনবা

তাই। নত্রগনা নওগী হুংঙাইগদবা লম্বী অম্না মৌক- থিবা— মহুদা ঐগী অথিংবা করিস্থ লৈতে।

সরোঃ মহ অমুক হন্না ঐগী ইফমদা তাকপিগন্থ। ঐ নওগী ননাই হুপীনি; অরা হুংঙাই অনিমক্তা নওগী নহুং ইঞ্জগদবীনি।

ব্রজঃ অহনবু অহম্মক ভুমিন্না লৈয়ু হায়ম্বিবসিনিনে।

সরোঃ অহবু, ইমুং মন্নংগী অইংবা পুন্সি নোংম-নোংমগী মাঙশিল্লক্লিবা, লৈরম্বা মাল-চাং পুন্নমক নোংম-নোংমগী লোইশিল্লক্লিবা, ইমুং অসিনা থা অমদা চংফম থোকপা থরচতগী শরাক অনি অহুম হেন্না চাগা লাক্লনম্নু, চরা অনি ফানা নিংথি হুংঙাইনা চাবা ফংজিল্লক্লবা —অসিগুম্বা ফিভম অসিদা নহাক্না অফবা লম্বীদা চৎলি হায়বিরিবা অসিবু করম তৌনা ওইরিবনো ?

ব্রজঃ মহগীদমক্তা নঙবু করিস্থ রাবীয়ু হায়সেনে— খওলবসা ? নঙগী নফমদগী ঐনা লৌথিবা সনা লুপা থর অমা ঐনা শোয়দনা শাংবিগনি। নপামলোমগী পৈশা থরা অহুম্ব ঐনা করিস্থ মাঙহল্লোই। ঐ মীগী লমন তৌনবা হৈবা মী নত্তে; জ্ঞান তারবরা ?

সরোঃ করিস্থ লৈতবা সনা-লুপা থরা অহুদা পাউথাংবিহনা ঐগী হুংশিবা মরেং তাহনবীগন্থ। লৈহুংদগী তৌরগা ফংবা ধাতু মচেৎ থর'চাদি থবু থাদ্বিখো; পুন্সি অসিমক মমল য়াউদনা নওগী নফমদা ফচ্চপ্রবীম্নি।

ব্রজঃ কান্নদেসে সরোজলতা; নঙনা ঐঙোম্বা অহু য়োনা পাউতাক পীনবগী মরম করিসু লৈত্তে। কোলেজ কাবা খুদিংগী নাকোং অসিদা নঙনা তাহনখিবা রা ময়াম অহুনা, কোলেজ য়োরবা কাউবদা ঙ,ং-ঙ,ং ঙংহুনা লেকচর অমত্তা মেন তানা পীবা ঙমত্রে। কৈদৌবগে, ঙসিদদি কোলেজ কাব'সিদা ঐবু,জ্ঞান খরা খিৎ তানা কাখিগে।

সরোঃ অহুবু, ঐনা করম্বা ফত্তবা রা হায়রবা য়াওখ্রবগে? তামকম খোকপা রা অহুমথৈ তামজবগী রাদনি। থা অহুম-মরি চুপ্পা য়ুমদা পৈশা মরি কাউবা পুশিন-বিরত্তুরে; থা খুদিংগী ফংলক্লিবা লুপা চামরি-চামতাবু করম তৌনা কদাইদা থন্বিরক্লিবনো?

ব্রজঃ আ— স্বর্গগী অপ্সরাগী মথুত্তা তুমখ্রিবা—।

সরোঃ মহুনা করি কাম্নগদৌর্নিবনো?

ব্রজঃ ঐগী মুংঙাইবা ফংবা, নঙগীনা অরাবা - খঙলেদনা? নঙনা অরাবনি খল্লিবদো ঐগীদি মুংঙাইবনি হায়রবা। আলবর্তো মোয়াবিয়ানা হায়রম্মীদনা— "ম্যান ম্যান'স প্যায়াদাইজ ইজ অনদর্স হেল্"— মহুনি;

(য়াম্না থুনা খোকথি।)

সরোঃ (য়েংলুরগা) নী অমগী স্বর্গ অদো, অতোপ্পা মী অমগীদি নরক্নি হায়রবা! ঐগী ইকমদদি মহু মত্তে—

মাগী চুংগোইবনা ঐগী চুংগাবনি; মাগী অরাবনা ঐগীসু অরাবনি।

( ইমুংলোমদা চংখিগে তৌবদা কৃষ্ণচন্দ্র চংলকই )

কৃষ্ণঃ সরোজলতা!

সরোঃ ( মায় লৈথোক্লকপদা উহুনা ) ও, খুরাতোন; চৌকি সোমদা। ( চৌকি থাই )

কৃষ্ণঃ ফৈ ফৈ। ( চৌকিদা ফম্মি। )

সরোঃ ঐ চা অমুক্তা লোল্লুখিগে? ( ইমুংদা চংগে তৌই।)

কৃষ্ণঃ লোল্লুরসু ঐ হৌজিক্তা থক্লকপদা মঙাইরি। ( সরোজলতা লেপ্পী। ) ঙাইখো ইবেম্মা, ঙসিদি ব্রজমোহন অহুবু রায়া শুকথনা চৎখিবা থেংনরম্মীদা, করি করিরা ঙাংনরুরে?

সরোঃ করি রা ঙাংনরুনি হায়বগে খুরাতোন। যুমদা লেঙদনা লৈবীয়ু; ঙলব লেংদনা পুশিনবিরকউ হায়বদা শাউ-থ্রিবনিদমা।

কৃষ্ণঃ অহুবু মানা লৈরিবা অসিবু কদাইদনোনে?

সরোঃ মীগী মচিন্দগী তাববু জগোইশাবী শ্যামাকুমারীগীদা ওইরমাস্লে। মহা তৌঙমঞবী সুপীনি ;থাগবু হেক সজ তৌরুরবদি মী অদো অক-ফত্তা করিমত্তা থনবা ঙমগ্রবা জাৎনি।

কৃষ্ণঃ অহু ওইরবদি, অস্থুম হায়না লমলকী শাওয়া পল্লেপকম থঙদনা অরেব্বদা পৈশা মাঙহনবগী মক্তা যুমদা নিঙ-

থিনা পুশিল্লক্তুনা লৈমিম্নরো হায়ম্নুদনা। মহস্নু নও পামদবন্না ?

সরোঃ মাপী থবক্তা ঐগীদি য়াদবা হায়বা অম'মুক লৈতে।

কৃষ্ণঃ হোঃ, অহ্ ওইরবদি পুশিল্লকও হায়মুদনা ?

সরোঃ ঐনা হায়জববু য়ারবদি করিপী অসি য়োনা য়াক্‌-গদগেনে থুরাতোন ? ঐনা হায়জরুবকা তাবিবা পোৎ নত্তেঃ থক্তিকং ভাংলুবদা য়েথংলকপনা হেক্তা হাপ্পি।

কৃষ্ণঃ অহদদি ইমুং অহ্ কদাইদগী চাউথংপা য়ারগদগেদো ? নহাক্তা মরোল অমা মাগী মপুক কাবা ওনদ্রে মানবা মরোল অমা নওগী নন্না তাবা লৈতে। ইমুং অসিদা মথোয় অনিনা লৈমিম্নরিবনি হায়রনা তৌরিবসিদি, মিৎভাংবগা নাপংবগা জগোই য়েংমিন্নবগী ফিভমদা লৈরে— অর্থ করিসু শাউজ্রে হায়বা।

সরোঃ অর্থ য়াউদে হায়দুনা কমদোগদগে থুরাত্তোন ? কোলেজ অমগী লেকচররনি হায়দুনা মীনা ব্যবহার তৌনরিবা মহাক্তা অওাংমগাশিংনা চৎকদবা লমচৎ চৎতুনা লৈরে। অফ-ফন্তা তানবা য়াজ্রে। 'সিদবু করি উপাইনো ?

কৃষ্ণঃ কাম্নদে কাম্নদে ; 'সিদগীদি ঐনা হায়রিবসিনি, অমুক হন্না ঐ মাপী মত্তেং পাংবা ওল্লরোই হায়যু।

সরোঃ থুরাত্তোম......... !

কৃষ্ণঃ ঐনা হায়রিবসি নওনু ঐবু লন্তনা থনগনু ; মাপী মত্তো অসিদা হায়বনি। মানা নাহুনা, য়েক্তুনা মন্নগা

খুদোংথিবা অম। তাহ্না, থবক শূবা ওমদনা লৈরে হায়য়ু— শিবা ফাওবা মাগী মতেং পাংগদবনি। অহুদি নত্তনা কনানবু, হেক ফংলকপা শেলমথৈ লম্বীগী উকুল দোনা, জগোইশাবীদা থরা, ফত্তবা থবক্তা থরা, চাই-থোক-চাইথোক্তুনা মাঙহল্লগা, ঐনা মাগী অরাং-অপা য়েংশিন্নুনা লৈবদি, ঐস্নু পেরেমক্তি নত্তবনিদা ওয়রোই।

সরোঃ অহুগীদি মশানা তাবনিদা; লাইমক ওইরবস্নু ওন্কম থোক্তে।

কৃষ্ণঃ ইমাক অহুগী ট্রেনিংগী শেন্দমক থাবা ওইরবদি, মামা মপুক শেংনা ওমদেদা হায়য়ু — ঐনা থাবমকস্নু থাশিত্তে, অহুদি নত্তনা ইশাগী ইমুং পুজরিবা ঐনা, মাগী ইমুংস্নু পুবা মনাওগী ট্রেনিংগী শেলস্নু থাবা— মসি ফাউবদা মানা জ্ঞান স্নুক্তামক তাদবা 'সিদি মাস্নু খিং হাকমল্লি।

সরোঃ হাকমনবগী হায়রুরবদি করি অমুক হায়রুগনি; মশানা খঙহনা লৈরবনিনে খুরাতোন।

কৃষ্ণঃ অহুগা. ঐনা হায়গদবদি — 'সিদগীদি নঙস্নু নূপী থরা থোকউ; খঙলেদনা? থাইনগী খুমুংগী নুপীশিংগী মপু-রোইবনবু হায়রবদি, অকবস্নু হোয় কত্তবস্নু হোয় হায়ং-বগী মতম অহু হোৎ্রবনি। হৌজিক্তি মতম অসিদদি পুজিগী লম্বীদা নিপানা নুপীগী লমজিংবা ওইবা

তারবস্থ, লম্বী অহ্ন তাকপদি মুপীগী মথুবাক্তা লৈর-বনি। ঐনা থোইদোক্না হেন্না করিস্থ হায়নিংঙাই লৈতে, নঙনা হেন্না খঙলিবনি – মুপী থোকউ হায়-রিবসিনি।

সরোঃ মুপী থোক্নবা উপাইহ্ন লৈতবনিমে খূরাত্তোন।

কৃষ্ণঃ (শাউনা) লৈতবা য়াব্রাও? নরীক নকোল পুন্নমক লোইনা কায়থ্রবা, চয়া অনিঙনা চাবা ফংত্রবা, অহ্ন দগীস্থ হেন্দোক্তুনা মীগী শেন্না নথাং ফোয়রবা'সি ফাউবদা উপাই লৈতে হায়হ্নুনা তুমিন্ন অহ্নম্মক লৈখিগে হায়রিবরাও? নশাগী নপোৎ ফাউবা লোইশিনবা ঙমদনা, নথুবাক্তগী মীনা মুন্দুনা লৌখিবা তারবদবু নঙনা মী অমা ওইবগী করি কান্নখিগনি?

সরোঃ খূরাত্তোন.........!

কৃষ্ণঃ নঙনা থূপ্তুনা থম্নবস্থ, মীগী মচিন্দগী ইমুং অসিগী ঈ-পাক্টদি ঐস্থ লোইনা তারিবনিনে খঙলবরা?

(তাঞ্জাসিদা মপান্দগী চাউথোইনা কৌরকই)।

চাউঃ (মপান্দগী) করিগুম্বা অমত্তা হংজগেবা?

(কৃষ্ণচন্দ্র, সরোজলতা মপান্দা য়েংথোকই।)

কৃষ্ণঃ করিনো ইবুংঙো?

চাউঃ (পুলিসকী ফিজোনগা চংলক্তুনা) ভামো ব্রজমোহনবু—?

সরোঃ হায়মা! করিগীনো ইবুংঙো?

চাউঃ (চিঠি অমা পুথোক্তুনা) ঐথোয়গী সিং আইং না ব্রজনন্দগী চিঠি, সিমত্তং—। (চিঠি পী।)

সরোঃ ( চিঠি লৌহুনা ) করম্বা মরমগী ওইহ্নবনো ?

চাউঃ থোইদোকপা অরুবা মরমগী নত্তে। ঐখোয়গী ইন্সপেক্তর সাহেব অসিগা ব্রজনন্দ বাবুগা মুনা ভিন্নবা মরম ওইরমাল্লে। অহুনা ইন্সপেক্তরগী খ দা চুন্না থারকন্না জাংনি।

সরোঃ ইহে, ঐবু ফিদাসু থাদ্রিনে।

চাউঃ য়েঃ, ঐ চৎচরগে। করম্বা রাফম— ?

সরোঃ করিসু থোইদোকপা লৈজদে ; চুন্না ইংবুত্তোগী মরমদা রারম খয়দং হংজনিংহুনা — ।

চাউঃ অহুগী ওইরবদি, চিঠি অসিনবু ঐত্তোন্দগী হেন্না মরিক চুমগনি।

সরোঃ য়াম্না নুংঙাইজরে।

চাউঃ অহুদি ঐসু য়োৌজরগে।

সরোঃ য়াম' ফ'নি। ( চাউথোই থোকখি )।

কৃষ্ণঃ করম্বা রাফমগীবু ওইহ্নমগবা ?

সরোঃ শেল থারকউ হায়বা ওইরমগনি।

কৃষ্ণঃ ( হোৗগত্তুনা ) অহুদি ঐসু চৎলগে। অহুগা ব্রজনন্দগী শেল'দগীদি ঐনা থোকপা অহুম থাগ্রগে।

সরোঃ অহুদি ঐখোয় অমুক লাক্তুবসু য়ারেদনা ?

কৃষ্ণঃ লাক্ল'সু ; মতম মাঙননবনি। অহুগা ঐনা নংত্তোন্দা মরূ ওইনা হায়গদবা নঙনসু কাউরোইদবা রাফমদি "নুপী থোকউ" হায়রিবসিনি। ঐ চৎলে সরোজলতা !

সরোঃ ফ'নি খুৱাতোন ।

( কৃষ্ণচন্দ্র চৎখি ; সরোজলতানা য়েংহৌই ) ।

"নুপী থোকপা" হায়বসিবু করিনো ? ফত্তবদা লমন খুম্বা, অফবদা লমন শিংবা অহুবুৱা !! ( নিংশামপী হোল্লি ) ।



# ৪

লম্বী।

মুংখিল পূং ৩/০।

( সরোজলতা অমসুং চাউথোই লম্বীদা মাইয়োক্লে )

চাউ: য়েঃ ! ইতৈম'বেম্মা, ফদোমদগী —।

সরো: ঐ স্কুলদগীনি ।

চাউ: ( নোক্তুনা ) ও, হেদ মিষ্ট্রেসনিদনা ! ঐদি ইকাউ কাউরুরে ; ঐবু ৱাকপিগনি ইতৈমা ।

সরো: থওদহনা নত্রগা কাউহনা লানবগীদমক্তদি দোষ করিম্নু লৈতে হায়না অথও-অহৈশিংনা হায়নবদাইনে।

চাউ: পেদি কয়ামুক ফংবিবগে ইতৈম'বেম্মা ?

সরো: এমঃ ইঃ গী ওঝানিদনা— ১১০/২২০।

চাউ: থবক ফংদহনা য়ানরবা যুগ অসিদা মহমক অকবা উপাই অমনি। অহুগীনু মথক্তা, অহুওয়া নূপী লোকপা অহুগীদমক্তা ইতৈমবুসু ঐনা থাগচনিংতি।

সরোঃ নূপী থোক্তবা য়াদবা কিজ্ঞা থবকী কোমদা ঐহাকপু থাথবনিগে ইবুংঙো। চাদবদি য়াদে, চানিংঙাইদবা রাংশিন্নকই— অহুদদি নুবা কমছুনা লৈথোকপা য়ারক-ত্তবিরে।

চাউঃ কর্মিগী কমছুন্না লৈবিগথৌরিবনোনে ইতৈম'বেম্বা? শূগদবনিনে নোমগদবনিনে। কনান পাজলগী থবক শূবা য়াই, কনানা রাথলগী থবক শূবা য়াই। মানা মানা হৈজবা মওং অমদা থবক্তি শোয়দনা শূগদবনি।

সরোঃ অচূম্বনি ইবুংঙো; থবক য়াউদনা লেনবা য়াদবা পুন্সিনি হায়বসি হৌজিক্তি ইতৈমস্থু থওজরে।

চাউঃ মতৃ কাউবিবা য়াপোগ্তে। য়েংবিয়ুদনা ইতৈম'বেম্বা ঐথোয়না ওইজরিবা কিভম অসে? ইমিৎ অসিদা লাইরিক্কদি উহৌদা, পূক্কি সেবাদি লোংমগী অনীরক কায়বা য়াদে; অমরোমদা ইচা ইনাউশিংবু মহৈ তমহন্দবস্থু য়াদে, ময়াম' মরক ভিন্নবা হোৎনদবস্থু য়াদে; বিভুলা কোকথোং নাথমথৈ থাকি মতং অসিমগা কোয়চেন চেঞ্জরিবসিনি। অমরোমদা আইঃ এঃ পাস তৌহৌরিবী ইতৈম'বেম্মখোয়দি ঐথোয়দগী শরুক চামা হেন্না থাক রাংল্লবনি।

সরোঃ কদাইদগীনোদা! লাইরিক হৈবা হৈতবা হৌজিকী মতমদদি চপ মান্নরবনি।

চাউ: হোয় অহৃগীবুদি ; ফৌনা শংবাদা লুপ ৩০/৪০দা হাই-গতুনা থয়গা ডলবনা হৈক্রু মনাদা রোয়গা পীব'সিনদি, লৌজনাম-পুজনাম থয়া হৈত্রবদি লাইরিক হৈ হায়জ-নবু কৈদৌরুগবনো, অঙ্কা হায়বহুনি। অহুগা, য়া অমনা ইতৈম'বেম্মা ; তামোদি মুমলোমদা ইলেঙ লেংঙকখিত্রবরা ?

সরো: মহৃম্ লাকপিরবদি সন্ধ্যা অহুমক্তা মাবু অমুক্তা লাকহনবিয় হায়না ঈশ্বরদা প্রার্থনা তৌরিবসি কাদই-দগী তৌগদগে ?

চাউ: লেংঙক্ররোই থঙলেনে ; য়াই থাহনা পঙথথবা মীনা ইরাই লাইনা জ্ঞান তারকপা হৌনদেনে !

সরো: য়াই থাগ্রে হায়বমক হেক য়াইহৈ ইবুংঙো।

চাউ: য়াবা নত্তে, ভশেংবনিনে ইতৈম'বেম্মা ! লুপা লিশিং তরাকুন চংনা তামোনা শেমগৎবা শ্যামাকুমারীগী য়ুম অহৃদি, স্বর্গগী অন্নাপূরনা কৈদৌনি। অহৃগীসু মথক্তা অতোনবী; অমুকত্থু - জগোইশাবী— ॥ ইতৈম'বেম্মনা অহৃম খনবিয়ো !

সরো: ( নোক্কুনা ) য়ায়া সুংঙাইনা লৈগ্রবগী রানিনে ?

চাউ: সুংঙাইবা হায়ববু— অহিংদা এলেক্ট্রিকী মঙায়া মুংথিলগী মতৌগুম পুমঙাল ; ইমুংদা মপান্দা, মনিঙদা-ময়াদা টোটিগী ঊশিংনা য়া-য়া, কা থদিংগী অবোবা কেসনগী পোৎশিংনা পুম্নং, ঙাইহাক্কুং হাংবা মতমদা

হারমনিয়ম্, তবলা, তানপূরাগী মখোন মরক্তা শ্যামা-কুমারীগী হুংশিরবা শৈহেক— আনন্তগী য়াইদগী শরুক চামা হেন্না গুণ লৈগ্রবা য়াইনি ইতৈম'বেম্মা।

(তাঞ্জাসিদা ইবোয়তোম্বী য়ু ঙাউনা লাকপগী মখোন তাই)।

ইবোঃ (মসুংদগী) হৈ কনানো? — শোয়োক্তা রারেম ঙাংহুনা ঐঙোন্দা অপনবা পীরিবা—? লম্বী চায়থোকত ইবোতোম্বী বাবু লাকই।

সয়োঃ (য়েংহুনা) কনানোনে অসিবো?

চাউঃ (য়েংলুরগা) ইবোতোম্বীনি ইতৈম'বেম্মা। ঙাইহাক্তং স্বাইদা মাগী মতৌ য়েংসি।

(মচি অমদা লৈশিনখি, ইবোতোম্বী লাকই)

ইবোঃ (য়ু ঙাউনা) ঐনা হৌজিক চৎলিবসি ইথক্তা করি মাল নল্লি—নখোয় কনাসু থংলিরোই। নমথাক্কী নোট চবুন-চবুন্না তোংহুনা শান্নরিরা অসে নখোয় কনাসু উরিরোই। থঙনিঙলবদি, উনিঙলবদি ঐগী থবাক অসি শেগাইরো লাউ।

(চাউথোই বিড়ি অমা থক্কুনা চংলকই)

চাউঃ হৈ কনানো, লম্বীদা য়ু থক্লগা ঙাউশিন্নরিবা— ?

ইবোঃ (মুন্না য়েংলগা) কনানো? ব্রজমোহন বাবু!

চাউঃ হৈ হুংখিলগী তন্নলাই! ঐ ব্রজমোহন নত্তে।

ইবোঃ অহুদি কনানো?

চাউঃ নখোয়গুম্ব রাখল লৈতবা অঙাউবশিং অসি ফুনবগী দমক্তা থানা খল্লিবা কন্সতেবল চাউথোইনি।

ইবোঃ হা হা হা হা !! ঐবু ফুনবা কন্সতেবল চাউথোই। হা হা হা ! নশক খঙদে চ'খো' !!

চাউঃ অমুকস্থ ঙাউশিন্নরিনহৈ। পরপ-পরপ চৎথোরনহৈ য়ুথকপা ! (চৈনা মনঙ্গন্দা ইল্লি)।

ইবোঃ আয় আয় ফুরেনহৈ। ঙরাংদা বাবু বাবু হায়হ্নুনা খজিক্তং চাবা ফংজনবা নপচরম্বা মানস্থ, ঙসি থাকী মতং অনিখক শেৎলগা মবুংঙো ঐঙোন্দা ফুরেনহৈ।

চাউঃ (মী তাখিব্রা য়েংলগা, লোল্লপ্না) মহ্ম হায়স্থনহৈ নঙবো ? (চৈনা মনঙ্গন্দা ফুই)।

ইবোঃ ও, টু টাইমস বিতন ! (ফিভম শেমহ্নুনা) হৈ you ? Do you want to challenge openly ? I am ready now ,— just now.

চাউঃ করিনোনে মসিনা লোল্লি'সিবো।

ইবোঃ You are quite inferior to me — understand.

চাউঃ (খোয়দো শাউগৎনা) নরোন নরি খঙদবা রা ঙাং'স্থ; নমারোল ঙাংঙনহৈ গধা ! (অমুকস্থ ফুই)।

ইবোঃ এগেইন, থ্রি টাইমস বিতন ! ও খঙলে, মসি শেল পায়ে। ব্রজমোহন বাবু, ঙসাই য়াউথিবা অচোইবা

পৈশা হুন্ফ্তরা অহু কন্সতেবল'সিদা থরা পীবিরো: চুরুট থরুবা পৈশা লৈজদ্রে হায়না য়াম' হায়জরেসে মসি।

চাউ: হৈ ভূত! কনাদনোনে নঙনা গাঙলিবহুবো? কনাগী ব্রজমোহননো হায়বা হা?

ইবো: (কোইয়েং য়েংহুনা) ও, সো-রী! ঐগী শাদোং ব্রজমোহন য়াউরক্ত্রা! মা শোয়দনা পোথারম্লগনি। অহু ওইরবদি, আই রিল প্রোবাইদ ইয়ু স্মোক, কন্সতেবল চাউথোই। (ফুরিৎখাউদগী পানামা উপু অমগা, মৈথেৎ উপু অমগা লোথোক্লগা পীহুনা) সে, চুরুট অম্না থকউ।

চাউ: (নোকশিন্নহুনা) করি চুরুটনোনে! (মাগী বিড়ি মত্তেক হুন্দোকখিবা)।

ইবো: পি, এ, এন, এ, এম, এ— পানাম।

চাউ: (চুরুট লৌহুনা চম্লগা ও ইবোতোম্বী বাবু! মুংথিল অসি য়োৌনা মু পা। কন্ নেব সিদথু য়ু থকপি- রুরিব'সিবু কমদো'রিবা জাংনো? (চুরুট উপু, মৈথেৎ উপু মাগী ফুরিৎখাউদা হাপথি)।

ইবো: (চাউথোইগী মতো য়েংলগা) য়েং, ঐ চান্না জ্ঞান মাঙলবমক্তি নক্রিবা জাংনি।

চাউ: লেংঙো লেংঙো; ঐথোয় বাবুথোয় থেংনরগা কন্না থুরোং চাররোই। ঐনা থোকপা শোয়দনবুদি

ঙাংনগনি হায়ববু রা শাংথবা হায়বহ থোকখিগনি। থরা থুনা হেক লেংবিখ্রো !

ইবো: য়েং, ঐ শোয়দনা চৎচখিনি, অদু— ঐগী চুরুট মৈখেৎ— ।

চাউ: ( লাউহত্তুনা ) হৈ করিনো নঙনা ঙাংলিবদো ? মীনা চৎখ্রো হায়রবদি হেক্লক চৎখ্রোদনা ; করম্বা মীনো মসিবো। ( মমুংলোমদা ওন্দুনা ) ইতৈম'বেম্মা, লেঙলসি ।

( ইবোতোম্বীনা য়েংশিল্লুবগা সরোজলতানা থোরকপগা মপা চানৈ। ইবোতোম্বী হকাইহুনা নিশা কানবা হোৎনৈ) ।

ইবো: (নোক্তুনা সরোজলতাদা মথুং লোয়হনা) ও, নমস্তেজী !

সরো: ( নোক্তুনা, মথুং লোয়হনা ) নমস্তে ! কদোমদগী ?

ইবো: থবক অমত্তুং চৎচরুবনি । অদোমদি ?

সরো: ঐ স্কুলদগী লাকচবনি।

ইবো: ও; অদুদি থরা হেনগৎচরয়গে ?

সরো: ফ'নি। ( নিশা ফাবা হোৎনবদা ভুগদৌরবা মশা অদু চুমা চৎপা শানা চৎখ )।

চাউ: খঙবিয়েদনা ইতৈম'বেম্মা ; তামোগা মাপা করম্বা মওংদা লোয়নরিবগে হায়বসি— !

সরো: ইতৈমা খঙজরে ইবুংঙো।

চাউ: চিরোন কাংজৈ পায়রিবসি মতোমতম্ নত্রি ; মামা য়ৈরকপা কংাক্রম অদু পাঙনফমদা য়ৈশিনবা শ্যানাং

কুমারীনস্থ অফবা চিরোন কাংজৈ প্যায়হনা ভাইরিবনি।

সরো: করিনোনে হার্য়রি'সিষো! অসিগুম্বা ফিভম অসিদা শ্যামাকুমারী মশামক য়াউনা.........!

চাউ: করিনোনে ইতৈম'বেম্মা; শ্যামাকুমারী- জগোইশাবীনিনে জগোইশাবী !!

( ব্রজনন্দ লংফে থোরকপগী ফিভমদা লাকই )।

ব্রজ: ( সরোজলতাবু উদুনা ) ইতৈমা !

সরো: ( লৈথোক্লকপদা উদুনা, হরাউনা ) হায়মা! ইবুংঙো! হৌজিক থুংলরিবরা ?

ব্রজ: ঐ স্পেসিয়েল ফ্লাইত্তা য়াউজরকপনি ইতৈমা। ( চাউথোইদা ) এঃ, চাউথোই।

চাউ: বাবু!

সরো: অহুদি কদাই গোত্ত, ঐ অমা পায়গে ?

ব্রজ: য়ারনি ইতৈমা, লেংলসি। ( চৎপা হৌই )।

সরো: ইবুংঙো চাউথোই অহুদি—।

চউ: ফনি ইতৈম'বেম্মা য়োবিরো।

( সরোজলতানা ব্রজনন্দগী মতুং ইন্দুনা চৎখি ; চাউথোইনা অতোপ্পা নাকল অমরোমদা চৎখি )।

——×——

৫

ব্রজমোহনগী মুন।
য়াচংলকপা মতম।

( সরোজলতা তুলসীদা ধুপ কত্তুনা ইশৈ শক্লি )

ইশৈ

হে ইমা! বৃন্দারাণী। প্রার্থনাসে লোবীয়ু;
তোল্লবীনা কচ্চবা থমোইমুংগী অঞ্জলী॥
মুম্নিং খুদিং কচ্চগে, লৈরাং পরেং মনাইনা
ইমা নংগী চরনগী খোঙ্গাল উফুল ফংনবা॥
মিৎল্লা লাইজ ননাইগী, থমোই' ধারা ইরান্নি
চরন শেংবা ওয়বা খোঙ্গানবিয়ু মনাইবু॥
( কৃষ্ণচন্দ্র চংলকই, সরোজলতানা খুরুম্নগা হৌগৎ-লকপদা মায়য়োক্লে )।

কৃষ্ণঃ সরোজলতা!

সয়োঃ খুরাভোন, করি থবক্কীনো মতম চাদনা ?

কৃষ্ণঃ ব্রজনন্দ হল্লক্তি্রবরা ?

সয়োঃ হল্লক্তি্র, করি রা হায়বিগদবনো ?

কৃষ্ণঃ করিস্থ থোইদোকপা হায়গদবা নত্তেদা ; চুন্না য়ারী অমত্তা শাগে হায়হনা লাকপমি ।

সয়োঃ (চৌকি থাহনা) ঙাইহাক্তং ফম্বিথো, লাকপা য়ারে ।

কৃষ্ণঃ (চৌকিদা ফম্না ফম্না) ব্রজমোহন্দি জগোই শাবীগীদা অহুম লৈথ্রবরা ? য়ুম'সিদগাদি ইরাক লাকথিত্রবরা ?

সয়োঃ থা অমগী মনুংদা অহুম্নরুবা মম্রিরুবা লাকই । অহবু পল্লমদে অহুম হেক্কমক মচৎখি ।

কৃষ্ণঃ উম থওলে, অহুগা ইমুং অসিদদি ব্রজনন্দগা নথোয় অমিত্তা মরৈরেদনা ?

সয়োঃ ঐথোয় অনিদদি নত্তে ; অরাংলোমগী ইবুযোক অহনগী মচানুপী শান্তিবালাস্থ ঐথোয়গা লৈমিরৈ । (চিংননা) করিগীনো খুরাভোন ইবুংঙো হংলিববো ? করি রা হায়বিগদবা লৈবগে ?

কৃষ্ণঃ থোইনা লুবা রা মত্তেদা ; মহাক্না য়ারবদি নহাকপু মতম থরদং ঐগী য়ুমদা থম্নবগী রা ঙাংলগে ত্তোবনি ।

সয়োঃ ইস ! (মরু লুকথখি ; মায়থোঙদা হুংঙাইতবগী মমি—।)

কৃষ্ণঃ মসি ঐনা চামরক-লিশিংলক থোক্না থম্নুরবা মতুংদা হায়দবা য়াদবা ত্তাঙা লাক্লহুমা হারগে হায়হনা লাক্লনুদি ।

সয়োঃ মহু ভাকপিগনু খুরাভোন। বেদ শাস্ত্রনা হায়রি—ময়ুম পানগ্রবী মুপীশিংগীদি মপুরোইবগী য়ুম অহুনা মহাকী ময়ুমনি, চংজকয়ি, স্বর্গনি, লান্নকয়ি। মরম অহুনা অরা অনা কয়া থাওজবা তারবসু মফম অসিদা থাওজগে, থাওবা ওমদহুনা থরায় থাথিবা তারবসু মফম অসিদা থাজগে। ( ব্রজমন্দ চংলক্ননা রা তায় )।

কৃষ্ণঃ বেদ—শাস্ত্রগী রা ঐ খঙদবা নত্তে সয়োজলতা। অহুগীসু মথক্তা নহাক্না ওইনিঙলিবা ফিভম পুন্নমক ঐনা হেন্না ওইহন্নিঙলিবনি। য়ামজ্রবদা নহাক ঐগী ইচানি, ঐনা নঙগী নপানি। মপা অমনা মচা অমগী ফনবগীদমক্তা কদায় ফাউবা খনবগে হায়বদো ঐনা অমুক নংভোন্দা ভাক্লিংভাই করিসু লৈতে। অহুবু ওসিদি মিকুপ অসিমক্তদা নহাক য়ুম অসি থাদোকপা ভাই ইবেন্না।

সয়োঃ হায়বিরিবা রাকম অহু ঐ জ্ঞান তাবা ওমত্রে খুরাভোন।

কৃষ্ণঃ ভারোই: য়ারম খঙলবা মতুংদদা জ্ঞান তায়কদবনি।

সয়োঃ মরম অহুবু করিনো? কনানা করি ভোরবগে?

কৃষ্ণঃ য়ুম অসিদা হৌজিক নহাকী অধিকার করিমত্তা লৈত্রে। নহাক্তগী নত্তে, নপুরোইবমকী অধিকার ফাউবা লৈত্রে।

সয়োঃ ( হায়রপ থকৎনা ) করি মরমগীদমক্তা—?

কৃষ্ণঃ য়ুম ইংখোল পুন্নমক ডাক্তর মনিমচাগী ওইগ্রবনি। ব্রজমোহনা মহাকী মফমদা য়ুম ইংখোল পুন্না লুপ্না

লিশিঙ অনিদা বঙ্কোপ থম্লম্লে।

[illegible]নঃ (তারম্বাগী থাওবা ওমদনা) করি হায়বা মামা? (কৃষ্ণচন্দ্র, সরোজলতা ওকই)। কনানা কনাদা য়ুম ইংখোল বঙ্কোপ থম্মম্লবা?

[illegible]কঃ চসি সুংথিল ডাক্তর মনিমচানা ঐগী ইকমদা য়ারী শায়কপনি। নখোয়গী য়ুম ইংখোল পূম্না ডাক্তর মনিমচাগী মফমদা, মহাক্কী তামোনা লুপা লিশিঙ অনিদা বঙ্কোপ থম্লম্লে ব্রজনন্দ।

[illegible] ইস! তামোগী য়াথম্না মতু য়োৗব্রবনিকো মামা? মনাই ঐগী মায় করিমত্তস্সু য়েংবিরমদ্রবা?

[illegible]কঃ য়েংলমমেদনা কমদৌগনি?

[illegible]নঃ মামা, মসিমক্তি তামোস্সু থজিক্তং কা হেনমল্লি; মামজবদা মাদি ঐগী ইমা ইপা অনিমক শক্তুনা ঐবু কোনবীরিবনি। অদুগীস্সু মথক্তা মহাক নত্তনা ঐগী কুনাস্সু লৈতে হায়বসি মহাক্না হেম্না খঙল্লি-রিবনি। অদুনা মহাক্কী নিঙবা থুংদবা কয়া লৈরবস্সু মনাউ ঐগী ইফমদা থজিক্তংদি তাকপিফম থোকপনি।

[illegible] অদুগী য়াবুদি নঙোন্দতা নত্তে, ঐঙোন্দস্সু তাকফম থোক্লিবনিনে। অসুক কুইবা অসি মাগী অম্না-অনা কয়াদা ঐনা মতেং পাংলনা লাক্লিবা নত্রাউ? হৌজিকস্সু মাগীদয়ক্তা ঐ লেপ্লি।

[illegible] মামা, মথা তাক্কহুনা কামদে; তামোনা ঐখোয় পুম্নমক্কী

মায় অসি লুকমায়দা হাপ্তুনা য়োনবীয়রে। করি তৌরগা তামোবু হান্নগী ফিভাদা পুশিন্নকপা য়াগদগে হায়বহ ঐভোন্দা অমুক্তা তাকপিয়ু!

কৃষ্ণঃ উপাই লৈতে ইবুংঙো। খোঙবান চেনবা মী য়াম্না ফগ্রে। জগোইশাবীগী লাংদগী মহাক ইরায়-লায়রক নাম্নোকপা ভম্নরোই। জগোইশাবীগী লাংদা চঙপ্রবা মীনা করি ওয়বা হৌনবগে হায়বা নখোয় ঐখোয়না হেন্না খঙলিবসি মঙায়।

ব্রজনঃ (শাউনা) জগোইশাবী! জগোইশাবী!! জগোইশাবী!!! অছুদি হায়বিয়ু মামা, জগোইশাবী শ্যামাকুমারীগী য়ুম অস্ত কদাইদা লৈ? অমুক্তা হায়বিয়ু মামা, অমুক্তা হায়বিয়ু।

সরোঃ করিগীনোনে ইবুংঙো; ফজদেদা তপথখো।

ব্রজনঃ তপথনবগী ধরম শুক্লে লৈতে ইতৈমা। মমিৎ তাংহনা চৎপা ঙমদ্রবা মী অছুদি ঐখোয়না মাবু মখুৎ পায়হনা লম্বী চিংবিহৌবা তাই। মতহনা, মহাকপু মতোমতা থাদোকখিবা তারবদি, অমুক হন্না চিংথৎপা ঙম্নরোইদবা লুরবা কোমদা শুকশোয় শোয়দনা মঙাক তাথিগনি। মিত্তাংবা অদো মতোমতা মাহনা চৎখিবা মতম ফনা কুইরে; অমুক তপথনবগী মতম লৈত্রে ইতৈমা। (কৃষ্ণচন্দ্রদা) হায়বিয়ু মামা, জগোইশাবীগী য়ুম কদাইদনো?

কৃষ্ণঃ; কমিগীনোনে ব্রজনন্দ, অসুক য়াম্না অহা-অহাম্নিববো ?
হয়েং নোং ঙাম্নগনু চৎপা ময়াই ; হুমিদাং অসিদবো— ?

ব্রজনঃ হুমিদাং অসিমক্তদা চৎকদবনি মামা ।

কৃষ্ণঃ ঙাইখোদা, ঙাইহাক্কং থম্নথিসিদা !

ব্রজনঃ তাকপিত্রেদনা মামা । য়াম্না ফরে ; ঐ ইতোমতা
অসুমক জগোইশাবীগী য়ুম থিজক্নয়গে । ঐ চৎলে
মামা । ( থুনা থোকখি ) ।

দয়োঃ থুয়াতোন ! ইযুংতোবু অমুক্তা থাম্বিখোনে ।

কৃষ্ণঃ ব্রজনন্দ ! ব্রজনন্দ !! অমুক্তা ঙাইখোনে নওবো ?
ব্রজনন্দ ! ( মহাকসু তাম্নখি )

দয়োঃ ( য়েংলুম্নগা ) ইস ! ওহোকপজিদা ! মচিন মনাও হুংশিবগী
ইচেন্দা তাউথবা ফংদনা ইয়োম্নুংদা অসুমক সুপ্নগজা
ঐহাকপো ! ( নিংশা মপী হোম্নি ) ।

— — x — —

৬

শ্যামাকুমারীগী য়ুম।
সুমিদাংরাইরম।

ইবোতোম্বী শ্যামাকুমারীবু কৌ-কৌদুনা চংলকই ।

ইবো: (কোইয়েং য়েংদুনা) শ্যামা। শ্যামাকুমারী!.........
নৈতবরনে তৌরিবসিবো ? (ঘড়ী য়েংদুনা) হৌজিক
ফাউববু কোলেজদগী হল্লক্নিংবা তাংলনে! শ্যামা
শ্যামাকুমারী।......... ও, হল্লক্নিংবা তাংনিদনা।

(তাঙ্গাসিদা শ্যামাকুমারী চংলকই)।

শ্যামা: (উদুনা) ও, তাইতোম্বী!
ইবো: (হম্না য়েংলগা নোক্নুনা)। শ্যামা। ব্রজমোহন্দি ?
শ্যামা: য়ুমদা লৈরমদবরাও ?
ইবো: লৈরমদ্রিবসিনিদনা।
শ্যামা: অহ্ ওইরবদি কোলেজদগী হল্লক্লমথিরোই।

ইবোঃ করিনোনে হায়রিসিবো ? সুংখিলগী কোলেজবু সুমিদাং কাউবা তম্ভরম্রনে ?

শ্যামাঃ লাপ্পিবৈদা নকংগনি থম্লবা পোৎশক্লা, নকশিন্নরক্লবা মতমদা লাপথোক্লকপা—হৌনশা নম্ভরনে ভাইংভাম্বী ? নত্তে, ভাইভোম্বীবু কয়াম কুইরবগে লাকপা ?

ইবোঃ লাকপদা ভাইরি। নত্তে, নওগীসিবু কোলেজদগীয়াও ?

শ্যামাঃ ঐ কোলেজদগী লাকচবনি। মিতিং অমম্ভং য়াউরক-প্পদগী থরা থেংদোকপ্রে।

ইবোঃ করিগী মিতিং ?

শ্যামাঃ রবীন্দ্রনাথ ঠেগোরগী মপোক সুমিত্তা দান্স-ড্রামা অমা উৎকদোরি— অহুগীনি।

ইবোঃ হোয়নে, লৈবাক্লা শকথঙ—মায়থঙনবা মী তিন্নবা হায়বসিন্নু ওহোক্লা সুপ্রপোৎনিনে। দান্স-ড্রামা অমম্ভং উৎপদা শ্যামাকুমারী ; কথক্কা, কথাকলিদা, ভারত-নাট্যদা, মনিপুরী নাট্যদা মনিপুরগী রিপ্রেজেন্তেটিভ শ্যামাকুমারী। ঐখোয়দনবু নিভিগী উনবগী মমল হোংনা থল্লুবগী র'নে হায়বা। উরা কংদবা কয়াগী মফমদদি অমুক্তং উজগে হায়না অকনবা তপস্যা তৌনবা কাউবা শোয়দনা য়াউরমগদোরিবা পোৎনি।

শ্যামাঃ মচেক্লা য়ৈরগা ময়ানা পানবগী ফিভমহু থিৎ তৌশিন-বিরকপ্পদা ?

ইবো: অহম শায়না পূক ফজবগী রাদি ঐ থওজদে; অকবা পোৎপু কৈ হায়বা রানি। হায়গু হায়বনি শ্যামা নহানগী কথক অহমুক ফজবা জগোইদি অমুক ফাউবা উথিত্র হায়বা ফাউবা য়াইহে। করিনোনে— মচু মথল মথলগী লাইত মরক অহদা, নহাক্তী খুদুর মথোন্না ঙংবগা লোয়ননা চমকি ময়াম্না ইরং-ইরংও লংনা হাইরকপা অহুদি— অঈং-অশা পুল্লপ পুনথ্রে; নোং মংদনা নোং খোংথ্রে; থাবল মরক্তা চুমথাং থনথ্রে; থুংশা মরক্তা নোংথাং কুপথ্রেদনা! ইশানা ইশাবু কদাইদা লৈবগে হায়বা ফাউবা থওথিত্রবনিনে!!

শ্যামা: কদাইদগীনো। তাইতোম্বা হায়বসিনা—। (নোকই)।

ইবো: হায়মা। অচুম্বনে। নংতোম্নবু অভাংনি হায়দুনা থাগৎও কত্রাও? (মপান্দগী ব্রজমোহনা ইশৈ ঙংবা তারকই)। ব্রজমোহন বাবুনা লাক্লিবসে!

শ্যামা: (শমিন য়েংদুনা) ওইরমান্নে!

(ব্রজমোহন য়ু ভাউরি-ভাউরি ইশৈ ঙংদুনা চংলকই)।

ইবো: (নোকুনা) য়াম্না দিল দুংভাইনা লাকপিন্নি-পোৎনিনা?

ব্রজ: ও, ইবোতোম্বী, লৈরম্নি?

ইবো: ঐখোয়গী প্রোফেসরবু য়াম্না রানা তাইজরমথ্রেদা! (নোকই)।

ব্রজ: (শ্যামাকুমারীদা) কয়াম কুইরে লাকপা।

শ্যামাঃ হৌজিক্তা ঙাইরি।

ব্রজঃ কোলেজ্বু হৌজিক্তা ঙাইরিবরনে লোইবা।

শ্যামাঃ মিতিং অমা য়াউবকপদগী খরা থেংথিবনি— কৈদৌরগে'সিবো? মফম মরাং খঙদনা ঙস্মী নিপানি হায়ত্না পংঙাং ঙাংবিগনু। (ইমু'দা চংথি)

ব্রজঃ (য়েংলুরগা) তৌরো তৌরো নঙনা থোকপা। খরা ঙাংলুরে – নিপা নুপীগী অধিকার চপ মান্নরে মহায়রক্লনি। নিঙতম্বা ফংলবনিনা নঙস্ু ফ্রিদম, ঐস্ু ফ্রিদম, হায়বসি ঙাইরেনে!

ইবোঃ (নোক্লুনা) ঐদি, ঙসাই'থৈ খঙজরুদে; মাথাগস্ু পোপ্লি-পোপ্লি থুগাইবিরক্লি'পোৎনিনা?

ব্রজঃ (নোক্লুনা) হোয়, হুংঙাইবতনা থল্লবা সংসারদা কোইমা কোইনা চত্তুনা হুংঙাইবা ফংনবা থিজ্জরি।

ইবোঃ (নোক্লুনা) সাবাস! মথাদি?

ব্রজঃ অত্তবু, মফম কৈদস্ু হুংঙাইবদো ঐনা ফংলুবা ঙমদে মরূপ!

ইবো. অত্ত ওইরবদি?

ব্রজঃ হোহন ববো স্তরগী ইথক, তেকথৎহল্লো ঐগী থমোয়। য়াকায়হল্লো পুক্লিং অসে, উহনবিরো হুংশি চেংলো।

ইবোঃ অ।— হা!!

ঈশৈ

প প মপ গুম প, নুপ মপ সং

ন মপ সং, ন মপ গ ব স॥

কোইনা কোইনা চণ্ডনা
থিরুই নণ্ডবু তক্তনা।
খোরাংলবা থম্মোইনা
কোরুই নণ্ডবু চান্নবী॥—
নসগ বসনগ, নসম গবস প
প, প, প. মপ মপ নপ মপ
স নপ স স
নোংজু—হুংশা খাক্তনা
নহাক্তবু থিজবা
ইথোলাংবা থমোইসে
শান্তি কংগ্রে মীওৎপী॥
নণ্ডগী চেংলো য়েংহুনা
কোইনা চংকে খল্লিবা
নণ্ডগী হুংশি লীচিংন্না
ফাজির্নবিরো লোনম্বী॥—

ব্রজঃ ব্র্যাভো! এক্সলেণ্ট! কেপিত্যাল! হিভন্স! ইট'স দি মোস্ত মেলোদিয়স সোং ইন দি ৱোর্ল্ড! ঐ পেল্লে মরুপ, ঐ পেল্লে হায়বিয়ু, মরূপ্না ঐগী ইকমদগী পাম্বিবা করিনো। ঐনা অমুক মরূপকী মভেং পাংজগে।

ইবোঃ অহু ওইহ্নবদি ইকাইখণ্ডদবা মসি অমত্তং নিজগে, য়াবদদি য়াবিয়ুকো।

ব্রজ: Why not, why not! Friend is for the sake of friend

ইবো: Quite sure?

ব্রজ: Absolutely.

ইবো: সুম তৌবা জাংনে মরূপ— মাইস্নাম চাউথোইগী সাইকল অহু ঙরাং ঐনা পোষ্ট ওফিস কাউবদা চিঠি অমত্তা থাধরুগে হায়দুনা পুদুনা চংলে। অদুদগী চিঠি থাধরুরে হায়রগা, থাঙ্গাল বাজার লোমদা চত্তুনা খোংগ্রাও ফি অমা বোম্বে ত্রেদিং কম্পানিদগী লৈরুরগা থোরকপা মতমদদি শো লোল্লগা থম্লম্বা সাইকল অহু লৈরমদরে। অদুনা ঐবু হৌজিক মাগী সাইকল অহু শিংবা তারিনে মরূপ।

ব্রজ: Oh! sory! How, unexpected incident!

ইবো: অদুনা ঐনা হায়জবদি মরূপকী লৈরবদি লুপা চহুম-থক্তগা লোজাখ্রে। হান্নগী থরা লৈবহুগা করিগা পুম্না দিসেম্বর থাদা ঐগী মরূপ য়াউবগী ফংগদোরিবা লুপা লিশিং অনি অসি ফংলগা পীজরগে হায়জরিবা।

ব্রজ: ঐগী ফিভম মতা অসিদা— !

ইবো: থাজবিত্রগা বোন্দ-এগ্রিমেণ্ট তৌনসি হায়রবস্নয়াইয়ে।

ব্রজ: (নোক্তুনা) অদুগী রা মচ্ছদেদা। থুদোং অমা চাত্রে হায়জবগী রানি।

ইবো: পৈশা কারনত্তা ফাউবা পায়বিত্রবম্নে?

ব্রজ: লুপা চহুমথক্তি পায়জরি। অদুবু মসিদি শ্যামাকুমারীগী

লীক অমা শারুবগী হন্দোকুবা হায়দুনা খাক্তনা থমজবনি। মসি নত্তবা হেন্দোকপদি পায়জত্রে।

ইবো: Oh! unlucky for me! (পাট্টা অমা লৌথোকক্তুনা) অদু ওইরবদি মরূপ, মসি কনাগী মকমদনো অমুক্তা থম্বা হোৎনবীয়ু। (পাট্টা পী)

ব্রজ: করিনোনে 'সিবো?

(পাট্টা পায়দুনা য়েংঙি; শ্যামাকুমারীসু খোকক্তুনা তৌনরিবা মীরাং অদু য়েংঙি)।

ইবো: লৌগী পাট্টানি মরূপ। ঐগীদি— No other way lest it.

ব্রজ: অদু ওইরবদি, মরূপ— ঐ চপ মান্নে! অমসু অমসু থিগদবা ওাক্তনি, অঙ্গানি হায়জরিবা!

ইবো: ঐগী চান্স লোইজখ্রে; হৌজিক্তি মরূপকী তর্নি। হোৎনবা হোৎনদবদি মরূপকী মা মঙায়রে।

ব্রজ: (রাথল থস্নুরগা) মরূপকী অসিবু থরা কোমগা হোৎনবা য়াত্রবা অাৎলা?

ইবো: (নোক্তুনা) ইজ্জৎকী রাদনি; মরূপপু অতুম থনবিয়ু।

ব্রজ: (অমুকসু রাথল থস্নুরগা) ফরেনে, 'সি পায়বিখ্রোনে। অদুগা হায়গীদুনা থরা কোনবিরবসু শেনফম 'সিমদি ওসি মরি মঙানিগী মহুংদা পীশিনবিরম্বা থরা হোৎনবিয়ু। (শেল লৌথোক্তুনা পী)

ইবো: (শেল লৌরগা হরাউনা) ঐ শোয়দনবা হোৎনজয়রুনি মরূপ!

ব্রজ: ( পাট্টা পীদুনা ) অদুগা 'সিস্থ পায়খিব্রো।

ইবো: ( ওল্লপ্না ) করিনোনে হায়বিরি 'সিবো ?

ব্রজ: ঐওোন্দদি মসিগী দরকার লৈজদেয়ে। পায়খিব্রো সে।

ইবো: ( পাট্টা লৌদুনা ) ফয়েনে, ঐনা অতোপ্পদা মসি থমজক্ষরগা মন্নপকীদু পীশিল্লক্লবা হোৎনবা হায়ব-দুনিদনা।

ব্রজ: অদুস্ত করিস্থ কায়দেয়ে।

ইবো: অদুদি মন্নপ, য়ৌজরগে ?

ব্রজ: করে, য়ৌখিরো। ( ইবোতোম্বী চৎখি )।

শ্যামা: ( তামদুনা য়েংলুরগা ব্রজমোহন্দা ) ঐগী লাক্কী পৈশান্না পীবিখ্রিবা অদো ?

ব্রজ: মান্নি, নওগী'দু ওসি মরি মওানিদং ওাইখিবা তারে।

শ্যামা: ওন্থোক্না মুংওাই-দুংওাইনা ওাংবিরেদকো তৌন্নিবসে। মীগী চার'ম্ব চাক্স'স্থ লীক অদুদংদি লৌথোকহৌসিকো হায়ত্তনা থা অমগী মন্দাংদগী হৌনা হায়জরগা, শৃৎ লাউনা নান্থোকপিরিব'সিবু— তন্তৈদা রাগকা ওাংজবা। ঐখোয়না ওাংজখনা ন্না ওইনা থনবীদবা, মীগী ব্রাদনা ন্না ওইনা লৌবিব'সিদি— ।

ব্রজ: অদুবু মীগিদি অথুবা অচিনবা মরমশীনি; নওগীদুদি ওসি মরি মওান্নিদং ওাইবস্থ মন্নাইদনা! মন্নপ মপাংগী মান্নস্থ য়েংনন্দবা য়াত্রাও ?

শ্যামা: করিগী মন্নপ-মপাংনো ? মওোন্দগী ঐখোয়না করি

কান্নবা ফংতনা মাবু মরূপনি হাযনা লৈগদৌরিবনো ? তুনিং চুপ্পগী মীওোন্দগী লোথোক্কনি চাথোক্নিদা মথনবা মাগীরা পৈশা অত্তাংবী অমা থরচ তৌদবা— 'অসিগুম্বা মীতা অসিবু মরূপ্প হায়না লোয়নগদবগী শরুকপুদি, হৌদোং অমা সোইগনবু হেন্না কান্নৈ।

ব্রজ: অদুবু, নত্তসু হেক্তা য়াপোক্লেনে শ্যামা।

শ্যামা: করিগী য়াদবনো ? মা তিঙ্গক্রগা ঐংথায়গী অমাগুবা করিসু লৈতে। অদুগা করিগুম্বা অমদি হায়জগে— মানা শিথ শিথ লোংথ্রিবা শেল অসি করিগুম্বা মওং অ.া তৌদুনা, ললিলগুম্বা অমা ইনবা হোৎন-বীহৌ ; নত্রবদি হয়েং তুংদা শোয়দনা কায়নরক্কনি। ঐগীসি হুপী রানি হায়দুনা শোদবসু তৌবিগন্থ। ঐ তাদনা, অদুগা ঐগী মাঙমক্তদসু মানা মচীৎ-মচীৎ লোখিবা শেল অসি লুপা লিশিং অন'নিদি শোয়দনা শুরম্নগনি।

ব্রজ: অদুগী হাযরুরবদি লুপা লিশিং অনি হেজ্জিনগ্রবনি।

শ্যামা: অহ্ ফাউবদা তুমিন্না লৈথোকপিরিবা অদুবু চুম্নবরাও ? হায়জরিবা অসিনি— শেলগী মরমদা থওইদবা তৌবি-গন্থ। শেলগী মরমদগী হুংশিনরিবা, শেলগী মরমদগী মরূপ-মপাং কায়নরিবা, হাৎন-গুনবা থোক্করিবা ওাক্তনি।

ব্রজ: শ্যামা, মহ্ পুম্নমক ঐ খঙদবা নত্তেন, অদুবু—।

শ্যামা: অদু—অদাগী রা করিস্নু লৈতে। ঐনা হায়জবসি থরম্নু মরৌবিয়ু। নিপানি হায়দুনবু মরম চাদনা যুম-ইংথোল বন্ধান হেক থম্বীবা, মীনা নিন্দা তৌনগদবা থবক হেক মতৌবিবা— থরা চাকমল্লি। অমরোম্দা ঐহাক্তি জগোইশাবীনি। নহাক্না ফত্তবা থবক কয়া-কয়া তৌরুরগা, মহৌগী বদনাম্না ইকোকথক্তা তাগদবনি, অরাবা-ইকাইব। অদু ঐতনা নংগদবনি হায়বসি থক কাউবিগনু।

(ব্রজনন্দ চংলকই)।

ব্রজ: শ্যামাকুমারী! পুম্নমক ঐগী ইরল তাক্কনি। ইশাগী ইরল ইশানা চাজবনি। মসিদা কনানম্নু ঐগী ইথক্তা রা তাংনবগী অধিকার লৈতে থঙলবরা?

শ্যামা: মদু চৎনবা য়াবা রা নত্তেনে!

ব্রজন: তামো!

ব্রজ: (য়েংদুনা) ও, ব্রজনন্দ, করি থবক্কীনো?

ব্রজন: ঐ করিগুম্বা অমম্তং তামোগা তান্নজনিংদুনা—।

ব্রজ: করি রানো হায়য়ু।

ব্রজন: মসি তামোগা ইচিল ইনাউ লম্নাই শাগদবা রারীনি, য়ারবদি যুম্নোমদা অমুক্তা চৎপিনবা—।

ব্রজ: যুম হায়ববু অন্ধানিনে; 'সিম্নু ঐগী যুম, আদগীদুম্নু ঐগী যুম—। নওনা হায়গদবদু হেক্তা হায়য়ুনে।

ব্রজন: অদু ওইরবস্নু য়ারবদি, তামো ইচিন ইনাউদা অমুক্তা।

শ্যামা: ( ব্রজমোহনদা ) ঙাইহাক্তং হেক চৎপিরুরো কৈদৌবগে? ইবুংঙোনা হায়রিসিসু মওং অমনি। অরুবা না তান্নবা হায়বসিদি—।

ব্রজন: ঐগীসি থোইদোকপা অহুগী রাশু নচ্চদেদা। য়ারবদি ইচিন-ইনাউদা শাবনা ফৈ হায়জবগী রানি। তামো- নবু য়াবিরবদি, 'সিদা শারবম্ব করিসু কায়দবা রারীনিদা।

ব্রজ: অহুবু ওইরবদি হেক্তা হায়য়ুনা।

ব্রজন: তামোনা য়াবিরবদি হায়জরগে?

ব্রজ: হায়য়ুনে হায়য়ুনে।

ব্রজন: ঐথোয়না হৌজিক লৈনরিবা য়ুম ইংথোল অসিবু, ঐ- থোয়না লৈনবগী অধিকার লৈত্রে হায়না মাম কৃষ্ণ- চন্দ্রনা তম্নরিবা পাউ অসিবু অচুম্বরা তামো?

ব্রজ: ( রাখল খন্দুনা ) উম, অচুম্বনি।

ব্রজন: মরাইবক থীরবী ইতৈমা অমদি ঐহাকপু তামোনা করম্বা পেন্দবা লৈবিহুনা য়ুম অহুদা লৈনবগী অধিকার অহু তামো ইশাগীতা নত্তনা ঐথোয়গীসু য়াউনা করিগীদমক্তা ককথৎপিরিবনো?

ব্রজ: মহুগী মরম অহু নহাকী নক্মদা হায়নবগী মতম লৈতে ব্রজনন্দ।

ব্রজন: হায়বদি তামোনা ঐবু ননাক্তনি হায়না থনবিত্রে অসি- নিনে?

বৃদ্ধ: রারেম ঙাংনবগী কান্নবা লৈতে হায়রিবসিনি।

ব্রজ: অহবু তামো, ঐনদি তামোবু ঐগী পুস্সিবু লমজিংবিরকপা ইপ। শক্কবা ইয়াম্বা অহনি হায়বসি কৈদোউনদস্থু কাউ-জদে। মরম অদুনা হৌজিকস্থু ঐনা হায়জরি— ঐবু মচাদা মচাগুম, মনাউদা মনাউগুম পিশক পিক্লিবগী নাউকোনবিরক্লবী ইতৈমগী অমদি মনাউ ঐগী চংজফম পীনবিয়ু তামো।

ব্রজ: ব্রজনন্দ। রাফম অদুগী মবমদা ওইরবদি কোয়া ঙাংনসি চৎলো; হয়েংলা হৎচিৎলা ঐ যুমদা লাকে।

ব্রজন: তপৎনবগী মরম বরি কৈকিংগে তামো? ঙসি অহিং অসিমক ঐগীদি লৈফম লৈত্রবান; অমরোমদা ঐদি নিপানি; মুপীস্থু ওইরবী উপাই লৈজরবা ইতৈমনা কদাইদা অহিং লেম্মুগদোরিব।?

ব্রজ: সরোজলতাগী য়া ঐঙোন্দা পল্লকগু, মাগা ঐগা মরী লৈনদে।

ব্রজন: তৌবিগনু তামো, ঐগী ইজ্জৎ য়োনবিবদি য়োনবিবনি; মুপী ওইবী ইতৈমগী ইজ্জত্তি সমাজগী মমাঙদা য়োনবিগনু।

ব্রজ: (শাউরগা) ব্রজনন্দ! নহাক মহু তাক্লবগীদমক্তা ঐগী ইফমদা লাক্লিবরা?

ব্রজন: তাক্লবগী ইতিক ক্ষরিস্থু লৈজদে। কোক্কেজগী প্রো-ফেসর অমদা অচম্বা পোলিশ ঐগুম্বা অমনা মুপীগী সম্মান-ইজ্জৎ করম তৌনা তাকচবা ঙমগদোরিয়নো?

ব্রজ: অহু ওইরবদি চংঙ্গো চৎলো। মফম অসিদা অমুক

হন্না ম্নারেম ঙাংহনা ঐগী পোথাবদা অপনবা পীরগনু ।

ব্রজন: ঐ শোয়দনা চৎচখিগনি তামো। অহবু চক্রিঙৈগী মমাঙদা অসি 'মশুংদি হায়জনিংঙি । মহুদি তামোনা পুল্লিবু থরোই অহাম্বগুম খনবিহনা ইজ্জৎপু খোঙ্গাউ-নবিরিবা অহুদংদি ম্নারিবমথৈ.........।

ব্রজ: (শাউনা মরক থৎনা) ব্রজনন্দ! অহুগুম্বা ম্নাগাং অহু ঐহাক্কী ইকমদা ঙাংননবা নহাক্কী করি হক লৈ ?

ব্রজন: হক ম্নাম্না লৈ তামো। মৈরাম্বীবু মৈরিদগী কন্ননবা হক ঐগী লৈ। জগোইশাবীগী লাংদগী ময়াম্বা অমবু কন্ননবগী হকসু মনাউ ঐগী লৈ।

ব্রজ: (ম্নাম্না শাউনা হোৌগত্তনা) ব্রজনন্দ!

ব্রজন: কত্তবা নিশাদা লূপগ্রবা মীশিংবু দণ্ডি পীহনা অকবা থাক্তা চিংখৎনবগী হকসু ঐগী লৈ।

ব্রজ: (ম্নাম্না শাউনা) ব্রজনন্দ !!

ব্রজন: মচিন মনাউ মুংশিবা খঙদবা, কায়জব্রবী যুমগী নূপীবু কাউথোক্তনা থম্বিরম্বা ওম্বা, অতোনবা পূকচেল চেনবা মীবু মতীক চাবা জ্ঞান পীননবগী হকসু ঐগী লৈ।

ব্রজ: (অশাউবগী অয়োবা খোম্বাংদা) ব্রজনন্দ !!!

(ম্নাহৈগা লোয়ননা ব্রজনন্দগী মথজাইদা থুপাক্লা থাই।)

ব্রজন: (নিংঙমদনা) তামো!

ব্রজ: এক্রেস মি নো মোর! চৎপ্রো চৎলো নও! অমূকহন্না ঐবু অপনবা পীরগনু। (ব্রজনন্দ ম্না ঙাংগে তৌই।)

ঐ নঙগী নয়া শুক্তা তানিংদে, ঐনা চৎখ্রো হায়রি-বসিনি। চৎখ্রা চৎলো মফমনিদগী।..........(অমুক য়ায়া শাউনা) গেৎ আউট, ইয়ু অনএষ্টিকেডেড বোই! গেৎ আউট!

(ব্রজনন্দ য়া ঙাংগে তৌরয়গা নিংঙমদনা চৎখি।)

শ্যামাঃ (নিংঙমহৌদনা খজিক্কং তায়হনা) ইবুংঙো!

ব্রজঃ (নিঙবা কয়ানা) শ্যামা!!

(শ্যামাকুমারীগী নিংঙমদবা মিৎয়েংগা ব্রজমোহনগী নিংবা কায়বা চুংশামগীগা তিয়খি।)

——— × ———

ডাইহাক পোথাবিসি।

# ১

ব্রজমোহনগী য়ুম।
সুমিদাংবাইরম।

ইবোতোম্বী অমসুং সরোজলতা য়াম্বী শারি

ইবোঃ হায়জরিব'সিনি, হৌজিকপু জগোইশাবীগী মায়াগী কোমদা। ময়াম পূম্না সুপমিন্নকত্তনা করি অমুক কাম্বখিগদগে? জগোইশাবীনা শীন্দুনা থোকহল্লক্লিবা থবক ময়াম, অদোম্বা হেম্না উথি-থঙবিরিব'সি মতাং; ঐনা অমুক ইনৌ নৌনা হায়জখিগদ্রাও? থাজবিয়ু! ঐনা হায়জ-রিব'সিদবু হেক থাজবিদ্রবা— শোয়দ্রে, হন্নেং হংচিল্লি ইংখোলসিদা জগোইশাবী শ্যামাকুমারীগী ফিরাল য়ুংলরগদবনি।

সরোঃ (নোক্কনা) মহাগীদি 'থক্তা ঈশ্বর নৈবি; ময়াম চাদবা থবক তৌনিংঙি হায়রুনা পংতো তৌবা য়াপোত্তেদা!

ইবোঃ ইহে, ঐনা হায়বা থাজবিদ্রেদনা!

সরোঃ (নোক্না) থাজদবগী য়া নচ্চদেয়ে।

ইবোঃ করেনে, থাজবিব্রবস্তু ভোক্লো। অদুগা শ্যামাকুমারী হায়বী জগোইশাবী অসি, ব্রজমোহন বাবুনা মমিং ফাউবা তাবা কংথ্রিতৈগী মমাঙদগী ঐগা লোপ্নিন্নরক্লবনি, মাগী ঐগী হায়বা অমুক থাক্লবা লৈনবা লোয়নরক্লবনি হায়বা অসিমদি থাজবিয়ু। থাজবিব্রবস্তু অখঙবা মীদা হংলগা, মাগা ঐগা কদায় ফাউবা নকশিন্নরম্লগে হায়বা অহুম খঙবিবা ঙমগনি।

সরোঃ অচুম্বা হায়ব'দুদি মশানা লেঙদনা অহু লৈজবনি। করিগী মীশোন্দা অমুক হংলুগদগে?

ইবোঃ অদুনা হায়জরিবা অসিনি— ওস্তোরা মপূক লুপ্লবী, মশাগী ওইজবভা য়েংবী মীকন্ত'-মীরু' হায়বী দুনি।

সরোঃ মীবুস্তু দোষ পংতৌ তৌবিরুবা ফত্তেদা। জগৎ'সিদা মশাগী ওইজবা য়েংদবা কনাসু লৈ'পোত্তে।

ইবোঃ কনাসুবু'দি লৈতেঃ চুশিন্ন হায়বিরিবনো! অদুবু ঐনা পনজনিঙলিবদি ব্রজমোহন বাবুগী য়ানে। কৈদোবগে ঐনা হায়জবদি—মরুপ্নি-মপাংান,—চারে চামিন্নরিবা, কোয়রে কোয়মিন্নরিবা—,ঐখোয়' য়াসু থরা মরৌবিয়ু-দনা! অদুদি নত্তনা, কনানবু—'ঐগী হায়ববু জগোই-শাবীনি, ঐগী হায়ববু শ্যামাকুমারীনি, হায়না হেক্তা মরৈখিব'সিদি ঐখোয়স্ত পূক্নিং চুংশি হায়জরিবা।

সরোঃ অদুবু করম তৌগদগে? ঐখোয়গী য়া মানা লোৌবিবস্তু নত্তেঃ সিদবু করি পাম্বৈ লৈরিবগে?

ইবোঃ অহুগনে; ঐখোয়বু থাজদবকাদি তৌবি'নুকো। হায়দবা মত্তে, য়াম্না হায়জবা জাৎনি। মিকুপ-নাহুম কাংদনা শ্যামাকুমারীগী লমচৎ-ব্যবহার মাঙোন্দা তাকচবা জাৎনি। 'মরূপ। শ্যামাকুমারী হায়বী অসে, মায়বীগা চপ মান্নবনি। মাগবু হেক তিন্নক্করবদি অফ ফত্তা মশক থংলক্করোই; ইমা-ইচা, মরূপ মপাং লোইনা মরী কক্ক-থ'নি। মাগী ময়ুমদবু চংবা হোরুরবদি, হুমিত্তুদগী মী'হু বিষম চংবা হৌরবনি' হায়ব'সি লিশিং-লথারক হায়জবনি।

সরোঃ অহুবু লৌগদবা মানা লোদহুনা, বিষম অহু হুংঙাইবনি খন্না, অরা অনা কাউবমখৈ লৈত্রেদনা। লৈখিসনু— মহুনা ধর্ম্ম পনবান লাল্লোই থঞ্জবী ঐখোয়গীদি হুং ঙাইবনি হোজিক্তি মহাক য়াম্না হুংঙাইরে হায়না ঐখোয়স্তু মীঙোন্দগী পাউ ফাউবদি তাজরে।

ইবোঃ কদাইদা হুংঙাইরিবা মহুংঙাইনোনে !? ইমুং মহুং, মচিন-মনাউ লোইনা কাউথোক্লমহুনা, মশাগী ময়ুম-ইং-খোল ফাউবা মরম লৈতনা বন্ধান থমদোক্লে—'সিবু হুংঙাইবা হায়বহুরাও?

সরোঃ মাগী পামজবা অহুনা মাগীদি হুংঙাইবনিদনা! (নোকই কংনা)

ইবোঃ মানা পামজবা লম্বী অহুদা মানা নিঙজবা মতুং ইন্না চৎচরবদি ফৈনে। অহু মন্নে হায়জরিব'সিনি—অফ-কপ লৈতনা শ্যামাকুমারীগী থুদোম্বীগী মায়কৈদা পংচত্তা

চৎথ্রবগী রানি হায়বা। অদুনবু, মচিন-মনাও, ইমুং-মনুংগী করিমত্তা য়েংদনা, লৈনরিবা যুম ইংখোল বন্ধান থম্বা ওয়ঙ্কিবা নত্রাও?

সরোঃ ইচা ওক্কগা মীগী মচাদা ত্তাইনরুবা হৌনদেদা!

ইবোঃ থবক-থবক্কী ফলনা মরম অদু অদুম পুজরকপনিনে। য়েংবিয়ু হায়বা শ্যামাকুমারী হায়বী'সিনা ওন্নিবসিবু! মাগী মওং মতৌ, লমচৎ-ব্যবহার খঙদো'খৈ খঙলবা ঐঙোনমক্তদগী, শিংঙু হায়বা ওয়ৈরোইদবা মওংদা লৌশিনথিবা শেল অসি লুপা লিশিঙ অম নিদি ওজিনথ্রবা জাৎনি।

সরোঃ মহুস্নু মাগী জীবিকানি; ঐখোয়না করিগী শাউরুগদগে?

ইবোঃ অদুনা অসিগুম্বা মফম অসিদা, ঐখোয়না খঙন খঙনা, উন-উনা মরাপ্পু পুন্সি চুপ্পা লৈখিমবগী ফিভম ওইহন-বদুদি পামজত্রে হায়জরিবা।

সরোঃ মদুদি কনাস্নু শীন্নুদেনা, মাতগী রাখম্নি।

ইবোঃ ঐখোয়নবুদি শীন্নুদে, অদুবু মা মশানা শীঞ্জরকপা তারবদি ঐখোয়না মদুবু থুগাইরোইত্রাও?

সরোঃ মশানা শীঞ্জরকপা হায়বদি?

ইবোঃ ওসাই ঐনা হায়জখিবা মরমদো!

সরোঃ ও, বন্ধোগ্গা লৈন্নিবা যুম ইংখোল অসি শ্যামাকুমারীদা নামা ওনগনি হায়বদো—?

ইবোঃ শোয়ত্রবনি, ওয়াংস্নু ঐঙোন্দা অমুক হন্না রান্নী শারুবনি। অদুনা, লুপা চান্নরি-চানঙাদং চংনা নামা ওনবা য়াদনবা

মরমছু শীন্নহৌসি ; নহানসু অমুক নিঙশিংজগ্নে, কমদৌ-বিবা তারিবগে— হংজগে লাকচবনি ।

সরো: মহুদি ঐ:থোয়গী অফবা রানি। অহবু শেগ থুমগী রাক্ষমহু নিনা, ইবুংঙোথোয়, খুরাতোনথোয় অমুক্তা তান্নজখিগে ।

ইবো: য়েঃ য়ে: য়েঃ পূমশোয় শোয়রে ! অমা অমা পংতা তাহনবা য়াবা রাফম নত্তে ; মহুংদা তুমিন্না সং লোয়-শিনখিগদবা রাফম্নি হায়জরিবা । ইবুংঙো ব্রজনন্দথোয় থঙগ্রবা হায়বা অহনদি মৈরিক্তগী মৈজাওবী ওল্লক্তুনা করিসু লৈতবদা মচিন মনাউ কায়নগনি । অদুগীসু মথক্তা, ঐবুসু হীগাইরা তাহুনা ব্রজমোহন বাবুনা মপোক-সিগী কাউথ্ররোই । অহনা তুমিন্না পাঙথোকপা ঙম্বি-রোইদবা লৈরবদি, তুমিন্না, তোকপিহৌবনা হেন্না ফৈদা !

সরো: অহুদা ; অরুবা তানফম য়োরক্লব'সিদ'দ ইতোমতগী খুসিদা থবক পাঙথোকপহু ঙমক্ষদবগী রানি ।

ইবো: ফরেনে, অহু ওইরগনা তোকপিরোনে। ঐগীদি চুন্না পাউ পীজহৌবগী রাদনি । ঐসু চৎচরগে ?

সরো: রারৌবিস্নকো !

ইবো: য়েঃ, ঐ থঙদে । মী অতৈ অতৈদদবু রারী পংশা শাবিরুগনু । ঐ চৎচরে ।

সরো: য়াম' ফনি ।

( ইবোতোম্বী চৎখি ; সরোজলতাসু পোৎ-চৈ লোই-শিন্দুনা ইমুংদা চংখি । অতোপ্পা নাকন্দগী কৃষ্ণচন্দ্র চংলকই । )

কৃষ্ণঃ ( ইমুংলোমদা কোহুনা ) ইবেম্মা ! সরোজলতা !
( সরোজলতা থোক্লকই । )

সরোঃ ( উহুনা ) খুবাতোন, চৌকি সোমদা লৈবে ।
( চৌকি থাই । )

কৃষ্ণঃ ( চৌকিদা ফমহুনা ) স্কুল হল্লকপদা ঙাইরিবরা নহাকপো?

সরোঃ ঙাইহাক ওইরে । করি তাকপিগদবা লৈবগে ?

কৃষ্ণঃ করিসু থোইদোকপা হায়গদবা লৈতে ; রা অম্‌নিদা তাম্লগে হায়হুনা লাকপনি । ব্রজনন্দি লৈভবা ?

সবোঃ লৈতে, লাকপগদি ময়ারে । ইবুংঙোদা হায়বিগদবা রারা খুবাতোন ?

কৃষ্ণঃ নখোয়গ বন্ধান্দা লৈরিবা যুম ইংখোনসিগী হন্দোক্লবা রারী খবা শাগে তৌবনি । অহুনা মাসু য়াউহন্নিং-ঙিদনা ?

সরোঃ মহুগীদ ইবুংঙো ইবান্নিসু উপাই থিবা হোৎজরিবনি ।

কৃষ্ণ. যেশা উপাই তৌহুনা মসিদ হন্দোক্তবা য়াদরেনে ইবেম্মা । খন্দুনা য়েংঙু—বন্ধান থমগ্রবা পোৎ হায়বা আস, থম্লিবা মতম অহুক্কী মথৈদি মীগী ওইগ্রবনি । হন্দোকপা ঙমত্রগনা অহুম পুম্লো লৌখিবা—।

সরোঃ অহুগীবুদি চুম্মি । ডাক্তরনা পুকচেল চাউবদগী মফম অসিদা ঐখোয়না হান্নগী মতৌগুম পুক্লিং তপ্না লৈবা য়ান্নিবনি । অতৈ অতোপ্প'মা ওইরম্লবদি, নহাম্না চৈ পায়হুনা তাম্লগদবনি ।

কৃষ্ণঃ অহুনা মখোয়গীদমক্তা থনবদা পোথাকম থঙত্রহুনা ঐ

মফম 'সিদা লাক্লিব'সিনি ।

( তাঙাসিদা ব্রজনন্দ পুলিশ' ফিজোলদা চংলকই ) ।

ব্রজন: ( কৃষ্ণচন্দ্রদা ) খাখা, লৈবিক্লম্মি !

কৃষ্ণ: এ, ব্রজনন্দ ! নহাক মতম চানা হুরকপা করেদা নঙগা রা তাম্নগে হায়রকপা ঐ লাক্লম্লিবনি ।

ব্রজন: করি তাক্পিগদবা ?

কৃষ্ণ: নখোয়গী যুম-ইংখোল ফজবি কমদোনি হায়বগে ইবুংঙো ? ঐবু তুম্মিন্না অদুম লৈগোকপা অদু মমঙ্গদা চেল্লক-লিবনিনে ।

ব্রজন: মহাকগীদি ঐস্সু উপাই পিজরক্লিবনি খাখা । করিগুম্বা মান চাং অমা কান্নবা নত্তরদি পৈশা ওইনা ইথুবগী হেক্কা লুপা মিরিশিঙ অনি-অহুম পুখোককপা হায়বসিদি—।

কৃষ্ণ ঐস্সু মহু থঙদ্রা নত্রেনে । অহুনা উপাই অদু তাম্নগে হায়হুনা ল্যাক্লিরনি ।

ব্রজ: উপাই হায়বদু—ইহৈমদস্তু ঐনা তাক্লরবনি. ঐখোয় পাবুংনা তাখো ইরামিগী ওইনা পুরা থবিরবা লৌ পনি মঙা অসিগী মতুংদগী অমম য়োক্লোককা মারে । লুপা লিশিঙ অনি চায়ঙার লৌরিনবা মীয় লৈরে । 'সি নত্রবদি অখোল্লা উপাই অমা লৈরে মখা ।

সরো: অহুবু, মাগী মরা অমা তাক্লরদি, লৌ লেকা য়োকলা হায়রগসিবু চুরক্লনে খরাক্তোন ?

ব্রজন: মরী লৈনদবা মীগী মরা লৌকরগী করি কাঙবা লৈব-গেনে ইহৈম্না ?

সরোঃ মহৃ য়ারোই ইমুংগো। মচিন-মনাউ হায়বা অসি পুন্সিসিগী কায়নবা য়াবা নত্তে।

ব্রজনঃ মাবু ইয়াম্বা নত্তে হায়জবা নত্তে ইতৈমা। য়ুম-ইংখোল লৈভনা মীওইবনা ছিংবদি য়াদবনিনা, য়াফম অসিগী মরমদদি মাগী দরকার লৈত্তে হায়জবনি।

কৃষ্ণঃ অহৃ ওইরবসু মাগী মরা অমদি লোৌবা চুম্মি ব্রজনন্দ; মানা ইমুংগী অহল হায়বহ খোকই। অহৃগীসু মথক্তা হয়েং ফৎনরক্তহনা মাল-চাং ময়াম শেয়ার ভৌনরকপা তারবদি—।

ব্রজনঃ মহৃগীদমক্তদি করিমস্তা চিংনরিরুগন্থ মামা— ঐনা মাঙক্ক-গনি হায়না ইশানা য়াজরি।

কৃষ্ণঃ করিগী নঙনা পুম্মাঙ মাঙলুগদগেনে। অমসু অমন্থ শীনবা য়ানবা ভাম্নরগা লোইরেদনা। অহৃগা, শিখি-বমক্তি নত্রিবনিনা লো ইংখোলগী মরীদদি মাগীসু মরা অমা লোৌবিবা চুম্মি হায়বগী য়ানি।

ব্রজনঃ চাম্মনা শিবদগী হেম্না তমথিনা শিগ্রবা মীগী দায়ী অমুক পুজনিঙত্রে মামা। অহৃগী শরুকপুদি ঐনা হোদোক-চরিবা য়াফম অসি কৈ-ফত্তে হায়বা মত্তা শীবিয়ু। য়াবিনিংবা লৈরবদি মাথন্থ মসিগী সাক্ষি ওইবিহো।

কৃষ্ণঃ নথমোই য়াউনা হায়রবা য়াফমদা সাক্ষিগী অমুক দরকার লৈত্তে। অহৃগা ইমুংগী কনবা শীনবা য়াকয়ি— করিগীন্থ পাঙথোকপা য়ারোইদগে?

ব্রজনঃ অহৃদি হয়েংমক অসি পাঙথোক্নবা হোৎনয়গে মামা?

কৃষ্ণ: (রাখল খন্দুনা) পুং মাপন কাউবদংদি ওাইরমখো; মসিগী মমাঙদা ঐ অতোপ্পা উপাই অমা থিবা খঙত্রা য়েংলকে।

ব্রজন: য়াম্ফনি মামা।

কৃষ্ণ: অদুদি ঐস্ন চংনবা তৌরগে। সরোজলতা!

সরো: খুরাভোন; হৌরম খুদিংমক খুরাভোম্না ফনবা পীনবিয়ু।

কৃষ্ণ: ফননবা ঐখোয় খাই চংহনা হোংনগদবনি। অদুদি ঐ য়ৌরগে ব্রজনন্দ।

ব্রজন: য়াম্না ফনি মামা।

(কৃষ্ণচন্দ্র চংখি। সরোজলতা, ব্রজনন্দ য়েংহৌই)।

সরো: ইবুংঙো, নঙনা হায়রিবা রা অদুবু ফবরনে?

ব্রজন: ইতৈমা, ঐনা মতম খুদিংমক্তা অচুম্বা চংননবা, অমদি অরামবগী মাইয়োক্তা অচুম্বনা লমন শিংননবা হোংনজরি। মদুগীদমক্তা ক'রমত্তা চিংনবিগনু।

———×———



**শ্যামাকুমারীগী ইমুং।**

**মুংথিল— মুমিদাংবাইরক।**

"শ্যামাকুমারীগী জগোই !!!"— কথক

ওস্তাদজীনা পুংলোন হায়বা অমদি তাল পীবগা লোয়ননা পুংজৈ বনমু য়েরি। ইবোতোম্বী অমসুং ইরাবতমু লেপ্লুনা জগোই য়েংলি। জগোই লোইশিল্লকপদা মরাম পূরবক চপ মান্নবা থুবাক থুই।

ইবোঃ (মুংতাইবা খোঙ্হোক্তা) ৱোন্দর্ফুল! ৱেরী নাইস! ৱেরী নাইস! নাইস! নাইস! নাইস!

ইবোঃ (মুংতাইবগী পন্থেংদা) শোয়ত্রে ইবেম্মা, শোয়ত্রে ইবেম্মা; মিংচৎ উরোং থিল্লনি! (মরাম নোকই)।

শ্যামাঃ তাইরাবত! মরামগী চা অমুক্তা—।

ইরাঃ ওসাইনা থৌরাং লোইরবনিনে ইবেম্মা।

(ইমুংদগী পরপ পরপ চেনশিনখি)।

ইবো: (নোক্তুনা) ইস, শ্যামা! হৌজিক্কী জগোই'হ্রদি—! মতীক চায়, মতীক চায়; জগোইশাবী শ্যামাকুমারী হায়না ময়াম্না ভাংনবা মতীক চায়।

শ্যামা: কদাইদগীনোদা! (ওস্তাদপু খিন্দুনা ওঝাগী থৌজাম্না অথুক ময়াম মরক তিঞ্জবা হায়বহুনি।

(ইরাবতনা চা পুথোক্লক্কুনা ময়ামদা চা পী)।

ইবো: (চা চিংলগা ওস্তাদতা) ওঝাবু, চৎকদৌরিবা জগোই অসিবু ভারতকী ওইনরা মনিপুরগী ওইনরা?

ওস্তা: (চা চিংলগা) ভারতকী ওইনা চৎকদবনি।

ইবো: অহৌদি—দিল্লি, বোম্বে, মাদ্রাস, কলকত্তানচিংবা ভারতকী অতৈ অতৈ লমদগীসু জগোংশাব-শাবী খল্লিবরা?

ওস্তা: খল্লিবনি। মী কয়া কয়ানা অমুক্তং চৎচগে হায়হুনা হায়জগ-চৎচগা কোয়চেনচেনবদা চৎপা ফংনাব্রিবনি। অহুবু ইবেম্মা শ্যামাকুমারীগীদি করিগুম্বা হায়জ-চৎচা অমত্তা য়াউদনা খনবিরক্লিবসে ওম্মোক্লা লাইবক কপ্পোংনি।

ইরা: অহুনা এখোয়স্ন তোয়না উক্তবা ফংক্রবা ইবেম্মখোয়গী জগোই উবা ফংজরেদনা!

ইবো: পৃথিবীগী করম করম্বা মফমদনো চৎকদৌরিবসিবো?

ওস্তা: অয়াম্বা মফম শীনবা থুংনা চৎচগনি।

ইরা: ইংলণ্ড, আমেরিকা, রুস, জর্ম্মন, জাপান - শীনবা থুংনা চৎকদৌরিবনিনে বাবু।

শ্যামা: ভাইরাবত্ত হায়বসিনা খওদবা লৈতবনি।

ইরাঃ মথল থুদিংগী মীনা ভাংব-শকপা পুন্নমক ভারবা ঐনবু খঙদবা লৈখিগন্ত্রনে ইবেম্মা ।

ওন্তাঃ ( নোক্তুনা হৌগৎলগা ) অহুদি শ্যামা, ঐখোয়স্তু য়ৌ-খিমবা তৌরগে ।

শ্যামাঃ ফনি ওন্তাবু । সেবা মতীক চাথিদ্রে, য়ারোবিবা য়াদে । ঙসি নিনি হয়িদংদি য়ার'স্তু য়ামা হোৎনবিদবা য়াদ্রে ।

ওন্তাঃ কৈ, মায়পাক্কবা হোৎনসি । ( ইবোতোম্বীদা ) অহুদি ঐখোয় থরা হাজরম্লগে ?

ইবোঃ য়াম' ফনি । ( ওন্তাদকা পুংয়ৈবগা থোকখি । )

শ্যামাঃ ( য়েংলগা লাটহনা ) ওঝা, ঐ লৈজহোবে ।

অনিঃ ( মনুংদগী ) লৈহোরো লৈহোরো ।

( ইরাবত কপ–ফুং পুশিন্দুনা চংখি । )

ইবোঃ করিরা ভাংমসি হায়বা শ্যামা – নঙনা ঙসি ঐবু কৌববো ?

শ্যামাঃ চুম্না য়ারী অমত্তা শাজগে তৌ'নি ।

ইবোঃ করি য়ারীনো ?

শ্যামাঃ করিস্ত লৈবা রা নত্তেদা । তাইতোম্বীনা মহোয়' তা-মোদগী ঐগী মিংদা লুপা ১১০ থক লোৌখিবরা হংজগে তৌজবনি ।

ইবোঃ ( খন্দুনা ) করম্বা মতমগী য়ানো হায়রিবসিবো ?

শ্যামাঃ মহোয়' তামোনা মফম অসিদা লৈক্রিতৈগী মমাঙদা ।

ইবোঃ ( নিঙশিংহুনা ) মহু ঐ নিঙশিংবা থোক্লে ; অমুক্তা মচা থায়না হায়য় শ্যামা ।

শ্যামাঃ হেয়া 'সিনিদা। তাইতোম্বীনা মহোয়' তামোদগী ঐগী খুদোপ মাঙহনখিবগী শিংননবনি হায়রুনা লুপ্যা চাম-ভরাথক লৌবিবরা হায়জবগী রানি।

ইবোঃ (হাইরপ থক্কংনা) কনানা হায়রিবা শ্যামা অহৃদি?

শ্যামাঃ অহায়বা মী অমুক থিগৎপিত্রবস্তু, লৌবিবরা লৌবিাবরা হায়বা অহৃদা থঙজনিংবগী রানি।

ইবোঃ (চিংননা) মহ ঐ লৌ লৌ-লৌথিদে হাগনা থল্লি।

শ্যামাঃ অশেংবা হায়বিয়ু তাইতোম্বী।

ইবোঃ করিনোনে শ্যামা ঙসি নঙনা ঐবু হুরানবগী মতৌগুম চপথৎপগী র'হং হংলক্লিবসিরো? মরূপ মপাংদগী শেল পুথোক পুশিন তৌনবু নহাক্না থঙনিঙলুবগী করি মরম লৈবগে? অহৃগীসু মথক্তা, অমুক কুইরবা মতমগী রাবু কনানা নিঙশিংবা ঙম্‌গনি? শেনফম অহু লৌরবসু য়াই, লৌরমদবসু য়াই। করিগুম্বা লৌরম্বা তারবসু, মহৃনা নহাক্তী নফমদা কয়ম্বা অকায়বা লৈবগে?

শ্যামাঃ অকায়বা য়াম্না লৈ।

ইবোঃ কয়ম্বা মওংদা?

শ্যামাঃ তাইতোম্বীথোয়না থনবিরিবা মওং অহৃগুম্বা, কনাগুম্বী থম্মোই চেত্তবী জগোইশাবীগী মতৌগুম, মীপুম খুদিং-মক্তা থম্মোই লাহোকপা হুপীদি জগোইশাবীবু ওইরবসু ঐহাক নচ্চদে।

ইবোঃ করিসু লৈতবা খুদোপ অমগী রাক্কমদগী নহাক্না

পকশিন্নব্রিবা রাতা ময়াম'সি ঐ জ্ঞান তাবা ভগ্নত্রে শ্যামা।

শ্যামাঃ খুদোপ অমা হায়বসি করিস্থ লৈতে; চুম্মি, তাইতোম্বী। অহুবু খুদোপ অমনা থোকহল্লকপা অর্থ'শিং অহুদি অসুক্কী মতীক য়াম্মি তাইতোম্বীগী। নফমদা শুকপী পীথিদ্রবা করিস্থ লৈতবা খুদোপ অমনা মরম ওইহনা, তাই-তোম্বীনা জগোইশাবী ঐহাবপু হস্থবা থাক্তা থম্বিবা ভগ্নিবসিনি।

ইবোঃ ঐনা নঙবু হস্থবা থাক্তা থম্বা!?

শ্যামাঃ থম্বিরম্ব্রিবনি। খুদোপ মাঙহনখি হায়বা রাফম অহু-মল্লা ঐগী ইপুরোইশা ওইরিব মহাক্কী মফমদা কদায় ফাউবা লাম্না খলহনখি— মহু তাইতোম্বী খঙবিরব্রাও?

ইবোঃ মহু ফাউবদা লাম্না খল্লবদি খনপ্রসহু— মাস্থ মরূপ-মপাংগী মওং মানশিল্লক্তে, ।

শ্যামাঃ খুদোপ অহুগী রাতস্থ নত্তনা, তাইতোম্বীনা ঐগী ইয়মদা মী কয়াগী মফমদা শাবিরম্বা রারী কয়াস্থ ঐবু নুংশি-বিবা কয়াগী মফমদগী তাবা কংজরে।

ইবোঃ শ্যামা!

শ্যামাঃ শন্না হায়রবদা তাইতোম্বীনা খনবিরম্বা রাখনগা ঐখোয়না খঙ্গরম্বা রাখলগা য়াম্না থেনৈ। ঐদি তাই-তোম্বীবু ইহান হায়্না হেক খঙনপ্সরকপা মতমদগী ইবুং অমগুম্না খঙ্গরকই। অহুবু তাইতোম্বীদি য়াম্না পুকচেল মাংনা—।

ইবো: ( মূরক থজুনা ) শ্যামা, মহূ করিম্ব লৈতবা মাকরি। অহুগী মরমদা ওইরবদি কান্নদে য়াম্না তাংন-কুহ্না—।

শ্যামা: ঐ অসে, সমাজগী মমাওদদি, চুম্মি জগোইশাবী অমনি। ওকুবীনি হায়না ময়ামগী বদনাম শীশিনকম্মি। অদুবু ঐনা করিস্ম খঙরুদে। মরমদি, ঐগী পুন্সিগী ধর্ম্ম অদু ঐনা লেংদনা থমজগনি। লাইবক খীবনি হায়গত্রা, মুগী লৈবা নিপা অমবু ঐগী ইপুরোইবা অমা ওইনা ফংজরে। অদুবু ঐগীদি লাইবক্তা ভমগ্রবনিনা মহাক্না ঐগী দেবতানি। মহাক নত্তনা অতোপ্পা কনাবুস্ম ঐনা হন্না য়েংজরোই, য়েংজবস্ম পামজদে। তাইতোম্বী-খোয়না নত্তবা রাখল্লোমদা পুবিহুনা ঐবু লান্না থনবিম্ব; জগোইশাবী থরনা ফত্রগা থুদিংমকপুস্ম ফত্তে হায়না লৌবিম্ব।

ইবো: ( করেম্মনা ) অদুগী রাবুদি শ্যামা, চন্দোলউপুগী মনাক্তা কূনবা হূইবু শেংডি হায়বগী মহুত্তা, হূইগী মনাক্তা লৈবা চন্দোলউপুবু মাংই হায়না লৌনগনিদা!

শ্যামা: ( শাউনা ! অদুগা, অসিমদি থঙবিয়ু তাইতোম্বী—জগোইশাবী ওইরবস্ম শ্যামাকুমারী মুগীনি। মুগী ওইবিগী ইজ্জৎ অমস্মং ধর্ম্ম— মুংশিদবা কনাগী থুয়া উকুলক্তা মাওখিবা তারবদি, মাওত্রিভৈগী মমাওদা, মাও-হূমবা হোৎনরক্লিবা মহাক অদু মাওহল্লগা শ্যামা-কুমারীগী থরাং থাখিবা কাউবদি ওমগনি।

ইবো: শ্যামা, অর্থ য়াউদবা কাম্নদবা য়াদা কুইনা ভাংনবগী মতম লৈত্তে, ঐ চৎলগে।

(চৎকে হায়ত্থনা মমায় লৈথোক্লকপদা ব্রজমোহনা চংলকপগা মপা চানত্থনা মাইয়োক্লে)।

ব্রজ: ও, ইবোতোম্বী, লাক্লম্লিবরা? য়াম্না করে, ঐস্থ নঙবু উনমনিংত্থনা কোইথি থিক্লরিবনি।

ইবো: (লেপ্তুনা) করি য়া ভাংনসি হায়বা?

ব্রজ: য়া হায়ববু হায়নখিবা মতমস্থ ফনা য়াম্না হেল্লে, য়ারবদি হিসাব শেংদোক্লরসি হায়বগী য়ানি।

ইবো: ও, নঙগী শেল থরা লৈবত্থগী য়ারা?

ব্রজ: মত্থগী য়ানি। মরূপপা ঐঙোন্দা হায়বিখিবদি দিসেম্বর থাদা শোয়দনা শিংগনি হায়বিখিবনিদো! অত্থবু হৌজিক্তি কেব্রুয়ারীগী ফার্স্ট উইক য়োশিন্নক্লে। দিসেম্বর থাদা মরূপকী পৈশা ফংবিখিবত্থগী মরমদস্থ মনা মনিন অমত্তা নাইবিখিদ্রে অত্থনা য়ারবদি ঙসি হয়েং অসিদগী অমুক চোম্বা তৌদনা হিসাব শেংদোকপিরো হায়জরিবা।

ইবো: মত্থ থক্তিকুং লূম্বম্লি মরূপ— মাঙজোননা হায়বিহৌবস্থ নত্তনা!

ব্রজ: মাঙজোননা হায়বগী য়া ওইরবদি ঐদি হায়ত্থনতা লাকইনা! মরূপপা থৌশাবিদবগী য়ানি।

ইবো: লৈত্রবদবু থৌশাক্লবগী করি কাম্নগদগেনে মরূপ?

ব্রজ: দিসেম্বর থাদা কংবিখিবা শেল'হু কদাইদা থম্বিক্লরবগে?

ইবো: মহ্‌ চৎনদবা য়াদবা মরম অমা লাক্কনা চৎমগে।

ব্রজ: অদুগুম্না শেল ফংবা খুদিংগী চৎনদবা য়াদবা মরম অমমম লাক্লবদি ঐগী শেলদি করম্বা কালদা শিংবিগদৌরিবা ?

ইবো: হেরা! ব্রজমোহন বাবু; অদু ফাউবদি য়াম্না ন্যারো-মাইন্দেদ ওইশিল্লক্লে। মরূপকী শেল অদু ঐ শিং-লরোই ফাউবদি হায়ত্রিদনা! অদুক লৈনদবগী মতম থরা ঙাইথোক ঙাইশিন তৌনবগী রাদনি।

ব্রজ: অদুবু অচিনবা ঙাক্লবা নংনত্রবদি মতেং পাংথোক পাংশিন তৌনবগী করি কাম্নবা লৈবগে ?

ইবো: অদুবু লৈত্রবদি কমদৌগদগেনে মরূপ ? মরূপ্না তৌবিগে হায়রগা ঐগী য়ুম-ইংখোল অদু য়োম্থোকপিক্লরোনে।

ব্রজ: মহ্‌ ফাউবদি ঐগী অধিকার লৈজদে। অদুগা অসিমদি খণ্ডবিয়ু— শিংবা ঙম্বিরোইদবা লৈরবদি মীগী লমন তোনশিনবিরোইদবনি। হায়খিবা রা ঙাকপা ঙম্বি-রোইদবা লৈরবদি অরেপ্পা মতম পীবিগনু। অদুগীসু মথক্তা, মী খুদিংমক মীৎ-নাকোং পাম্নরিবা ঙাক্কনি। ঙাইহাক্কী ওইবা নমথাক্লা তুং-কোইনা চৎনবা য়াগনি হায়বসি থাজবিরুগনু।

ইবো: নমথাক হায়বা ? করম্বা নমথাক ?

ব্রজ: মহ্‌ অমুক হাম্বনরুত্তনা করি কাম্নগদগে ? অস্তুক কুইনা মরূপ ওইনা ভিন্নরকপা অসিদা ইবোতোম্বী বাবুনা ঐতোন্দা অচুম্বা রা অমা ফাউবা ঙাংবিখিত্রি হায়বা ঐ খণ্ডুরে। অদুনা লোরমদাইগী কচ্ছরা নমথাক

পয়েং অহ হৌজিক্তি চংনবা য়াহুরোই হায়জরিব'সিনি।

ইবোঃ ইস! ব্রজমোহন বাবুগী য়াঙ্গ অসিদি! (লোকশিন্নহনৈ) ঐ মরূপকী শেল অহু মার্চ্চ থা কাউবগী মনুংদা শোয়-দনা শিংজয়গে।

ব্রজঃ অহু ওইরবদি, করিগুম্বা অমা ইরগা পীখিরম্বা তারে।

ইবোঃ য়াম্না থাজবিখিত্রবগী য়ানিনে হায়বিরিবসে?

ব্রজঃ থাজবা য়াবগী মতম হেনগ্রবা— অহুননি।

ইবোঃ হৌজিক্তি কলঙ্কগী মওংদা লাক্লবনিনে?

ব্রজঃ লাক্তবা য়াত্রবনি। মরূপদি লৌরমদাইগী মতমদদি খুদক খুদকী উপাই থিবা থওবিগ্রগা, হৌজিক শিংলম-দাইদদি উপাই থিবা থওত্রে হায়বিরেদো! অহুননি— য়ারেনু।

ইবোঃ ব্রজমোহন বাবু; মরূপ-মপাং মশেপ্পি, নিওখিনা ওাংন-বনা ফৈদা। করি কান্নগদগে— তিন-এজরশিংনা দেলি-ঙ্কেজিদা শিব-নাবা কিদবগী মওং অহু লৌবিরুরগা?

ব্রজঃ অহুবু ঐগীদি হায়জরিব'সিনি— ওসি হয়েং অসিদা পীবিবা ওখিয়োইদবা লৈরবদি, অকক্লবা মতম অহু সহিগা লোয়নননা ইহুনা পীবিরম্মু।

ইবোঃ অহু য়োনা হায়নবগী মওং য়োশিল্লরুবদি ঐনা ওম্বা কালদা পীজবা তারে— য়ারেনু।

ব্রজঃ ইবোতোম্বী বাবু।

ইবোঃ অহুগা মতুংদদি, কনাওম্বগা লাম্বা পাবিবা মতমদা হান্না অতোংবা মকমদা লেপ্তুনা খুদোংচাবা লৌখিহো, নত্রবগি

য়াম্না খুদোংখিবা য়াই। (য়াম্না থুনা খোকথি)।

ব্রজঃ ইবোতোম্বী। অমুক্তা ঙাইখো। (ভাম্নগে তৌই)।

শ্যামাঃ অমুক্তা ঙাইবিখোদা, ঙম্বোক্না ইকাইজরে!
(ব্রজমোহনগী খুৎ পায়ছনা থাম্মি)।

ব্রজঃ (শ্যামাদা য়েংলগা) ইস! (হনজিল্লকু্না নিঙবা কায়না চৌকিদা ফম্মি)।

শ্যামাঃ ঐনা নহাম্না হায়জখিব'হুনে — শেল-থুমগী রা হায়বসি খজিক্তদা কায়নবনি, দলিল ইনবিহে৷ হায়না। অদুবু মুপীরানি হায়দুনা লৌবিখিদেদো!

ব্রজঃ শ্যামা, ঐ লোইনা খঙলে; নঙনা অমুক ঙমহন্নু্না ঙাংনবগী মরম লৈতে।

শ্যামাঃ করিনোনে ঐঙোন্দা অমুক ওনশিনবিরক্লিব'সিবো?

ব্রজঃ শ্যামা! নঙ জগোইশাবীনি, চালাক য়াম্না হৈবীনি। অদুনা নঙগী লমচৎ-শাজত্তা ঐনা কুপ্না থিগৎপগী করিস্মু কান্নবা লৈতে। অদুবু, মীপুম খুদিংমক্না ঙাংনরকপা মীরা-মৈশা ময়াম অসি ঐনা খাঙবা ঙম্নক্তে, হায়বসিমদি নঙ খঙঙু।

শ্যামাঃ মীনা করি ঙাংনরবগে হায়বিরিব'সিবো?

ব্রজঃ মহুদি নঙনা হেম্না খঙলিবদুনি। মসিতা খোক্তনবা হায়দুনা মমাংঙৈদগী হৌনা, নঙগী নকমদা ঐনা মিৎয়েং লায়েংনা খঙহন্নবা হোৎনরকপদা নঙনা খঙন-খঙনা খঙশিন্নখিদে। অদুবু ঙসিদি অহানবা ওইনা ঐগী ইচিন

অসিমক্কা মংতোন্দা হায়রিবসিনি— মতনা ঐথু হুংশি-রবদি মতুং অসিদা ইবোতোম্বীবু অমুক হন্না য়ুমসিদা চংহনগনু ।　　　　　　( চংপা হোই )।

শ্যামাঃ ইস !!!　　　　　　( মরু লৃকথৈ )।

ব্রজঃ ( অমুক হঞ্জিল্লক্ত্না ) রাক্ষম অসি মংতোন্দদি নকোকথক্তা বজ্র তাবগুম্না থোক্লম্বা য়াই। অহুবু ঐগীদি অমুকস্থু হন্না হায়রিবা অসিনি— করিগুম্বা নহাক্কা ঐগী রা ঙাক্তহুনা মতুংদা ইমুং অসিদা ঐনা চংলকপদা ইবোতোম্বী লৈহল্লম্বা থোক্লবা, নত্রগা মীগী মচিন্দগী ইবোতোম্বী চংলম্বগী পাক্ত তাম্বা— অহু ওইরবদি. হুমিং অহুনা নত-ঐগী অরোইবা হুমিংনি।

( স্নান্না থুনা চংখি )।

শ্যামাঃ ( মমিং ঊরা চেন্দুনা য়েংলুরগা ) ইস ! মহাক্কা ঐবু থাজ-ত্রবকো ! চুপ্নি, থাজকম থোক্কে। ঐহাক জগোই-শাবীনি, সমাজগী বদনাম পীশিনকম্নি। অহুবু, করিগুম্বা ঐহাক্কা মহাকপু ঐগী অমত্তা ঙাইজবা ঈশ্বরনি হায়না তশেং-তশেংনা থজবমক্তা ওইরবদি, অমুক্তংদি মাগী মক্ষমদা মমেক লানা উৎলমগেকো -- জগোইশাবীগী থমোইদস্থু হুংশিবা লৈ হায়বসে।

————— x —————

# ৩

**ব্রজমোহনগী য়ুম।**

**নুমিদাং পুং ৭/৮ ॥**

কনাগুম লৈবা ওঁদে। ব্রজমোহন য়ু থাইনা চংলকই ; ইমুংলোমদা ওন্থুনা কৌই।

ব্রজ: সরোজলতা ! সরোজলতা !

সরো: ( ইমুংদগী ) কনানো ?

ব্রজ: হৈ, লাউ, মপান্দা থোরকউ ; য়া অমা থাংনসি। ( সরোজলতা থোক হাংদোক্লুনা থোরকই )। য়ুম ইংখোল অসি হন্দোক্লুরবরা ?

সরো: ইথুংওনা শুরাং হন্দোক্লুরে।

ব্রজ: কনানা হন্দোক্লুচো হায়রুনা হন্দোক্লুরিবা ?

সরো: থুয়াওতোনখোয়, ইবুংওখোয় ময়াম তাম্লুনা, হন্দোকত্রবদি থুনোং অমা চাত্রে হায়রুনা হন্দোক্লুবনি।

ব্রজ: ঐখী রাদি শুকলা আদনা [illegible] অসি নখোয়মদা [illegible] রানিনে ? মরুও। য়ুম ইংখোল অসিগী

উত্তরাধিকারীদি ব্রজমোহন্নি হায়বসি পুন্নকাও কাওথোকপ্রবগী য়ানে হায়বা ?

সরোঃ উত্তরাধিকারীনিদি হায়রগা, অধিকারদি হন্দোক্তুনা থম্বিরে। অধিকার থওইপ্রবা মী'হৎদা অধিকারগী য়া হৌদোকচবহ্ন ওমজক্লদবগী য়ানে।

ব্রজঃ মহৎস্ন নঙনা হেক্তা থওবিরবনিনে হা ?

সরোঃ ঐনা থওনিঙহ্ননা থওবা নত্তে, নহাক্না থওহল্লকপগী থওবনি।

ব্রজঃ হাযবদি নঙগা ঐগা মরী লৈনস্ত্রে হায়না নহাক্না থস্লেনে ? অহু ওইববদি মফম অসিদা নহাক্না লৈননবগী করি মরম লৈরি ? হৌজিকমক যুম অসি থাদোক্তুনা চৎখ্রো।

সরোঃ অহুগুম্ব। য়া অহু অমুকহন্না হায়বিগন্নু। লৈজবা পুম্বা কথোক্তুনা নঙগী ননাই ওইগ্রবীনি।

ব্রজঃ ঐগী ইনাইনিদি হায়রগা ঐগী য়াবুদি থওইদবা, নহাক্না চৎনিঙলিবা লম্বী অহুদা ঐগী য়াথং অমুক দরকার ওইপ্রবদি, নঙগা ঐগগী মম্নক্তা মরী থম্নবগী করি কান্নরি ? অহুনা হায়রিব'সিনি— নঙনা ঐবু নঙগী নপুরোইবনি হায়না লমচৎ চৎপা ওমপ্রবদি হৌজিকমক যুম অসি থাদোক্তুনা চৎখিবনা হেন্না ফগনি।

সরোঃ নঙগী য়াথং য়াউদনা, করিগুম্বা য়াহৈ অমত্তা নিঙতম্না ওাংখোকচবা ওমপ্রবী, করিগুম্বা থবক অমত্তা নিঙতম্না

পাঙথোকচবা ঙম্‌দ্রবী ঐগী ইকমদবু— নঙগী য়াথং দরকার ওইরবা—!

ব্রজঃ ওইরবনি; অদুনবু য়ুম-ইংথোল হন্দোক্লুনবা য়াথং ননিঙ তয়া ব্রজনন্দদা পীবা ঙমখিবা নত্রা?

সরোঃ য়াফম অসিদদি ঐগী নিঙতম্বা করিস্ব লৈজদে। ইবুংঙোনা হৌবোক্লকপা য়াফমদা ময়াম তাম্লগা পাঙথোকখিবগী য়াতনি।

ব্রজঃ লৌ ইংথোল য়োনবগী য়াফম লাক্ল' ফাউবদা ঐগী য়া লৌবগী দরকার অমুক লৈখিদ্রবা, ব্রজনন্দগী য়াতনা অরোইবা ওইগ্রবনিনে? নঙগী নফমদস্ব ঐগী য়াদগী ব্রজনন্দগী য়ানা হেন্না লূমগ্রবনি হায়বা?

(ব্রজনন্দ চংলকই)।

সরোঃ মতাং মতাংগী মতুংইন্না অরাম অয়াং থায়রকপনি। শা-উচেক্তস্ব ময়ুম-মকোন শাদুনা লৈনরি; মীওইবা ঐথোয়দি য়ুম-কৈ য়াউদনা করন্না হিংবা ঙমগনি? থুদোংথিবা তারক্লবদা নহাক্তমক নাম্বোক্লগা, নঙগী নতুং ইঙরকপা কয়াবুদি থুদোংথিবা মরক্তা হন্দোক্লমগে হায়বসিবু করি ধর্ম্মনো? অসিগুম্বা মতাং অসিদদি থুদোংথিবা তারবদা হন্দোক্লম্বা মরাপ্তগী থুদোংথিবদগী কনবিবা য়েক্লববুনা হেন্না লূন্না থনফম থোক্ত্রা— অমুক্তা মুন্না থনবিয়ু।

ব্রজঃ ফরে ফরে; নশাগী তিবিকাগীদমক্তা, নথায় পাম্মুবদগী ধর্ম্মবু কাউথোকপা ঙম্লবদি, নথায় কনবিবা ব্রজনন্দগী মফমদা নঙগী থরায় হকচাং কথোক্লো!

ব্রজনঃ (থাওবা ঙমদনা) তামো।

ব্রজঃ (ব্রজনন্দদা য়েংলয়গা মমায় লৈথোক্তনা) ব্রজমোহন্দি অমুক্তং হায়দোকথ্রবা ৱাহৈ হোংদোকপা হৈতে। ব্রজমোহনগী থম্মোইদি নুংনি।

ব্রজনঃ তামো, ইমা শক্লবী ইতৈমগী মফমদা অহুগুম্বা তাবদা ৱারবা ৱাহৈ অহু শীজিন্নবিগনু।

ব্রজঃ ব্রজনন্দ! ইয়াম্বা লোইশ্না থগুলে। ৱাথল লৈতবা শাদি ইয়াম্বসু ওইদ্রি; ইয়াম্বা নগুগুন্না মী ওইরি ব্রজনন্দ।

ব্রজনঃ অহু ওইরবদি, অহুগুম্বা তাবদা ৱারবা ৱাহৈ অহু অমুকহন্না শীজিন্নবিগনু তামো!

ব্রজঃ ঐগী ইথক্তা নহাক্কী য়াথং অমুক দরকার ওইদে ব্রজনন্দ। থগুন্ — ময়াম্ববু, কিনা লুনা চৎপা মনাউ অমনা ময়াম্বগী মফমদা ৱা ঙাংনবগী লৈবা অধিকার অদো ময়াম্বগী ৱাবু থওইদবা মনাউ অমগী মফমদদি লৈতে।

ব্রজনঃ মচা মনাউশিংবু মশামক্কী মথাইগুম থনবা ময়াম্বা অমনা ঙাংগদবা ৱাফম অহু, মচা-মনাউশিংগী মুংশিবা লৈত্রবা ময়াম্বা অমনদি কৈদোইদসু ঙাংনদে তামো!

ব্রজঃ (শাউহুনা) ব্রজনন্দ।

ব্রজনঃ অহুগীসু মথক্তা, তামোগী নকমদা করিগুম্বা দোষ অমত্তা লংজখিদ্রবী ইতৈমনি। অচুম্বগীদমক্তা লেপচংরিবী ইমাবু মরাল লৈতনা মরাল পীবিগনু তামো।

ব্রজ: ব্রজনন্দ! নহাক অঙাংনি ; মীগী দোষ-গুণ অনিমক মিৎয়েং অমগুদা য়েংবা ঙম্বগী শক্তি লৈত্রি।

ব্রজনঃ হিংহনা লৈবা ঙম্নবগীদমক্তা য়ুম ইংখোল হল্লোকচক্র-ববু, কাঁরিগীদমক্তা ইতৈমগী মরাল ওইরুগদগে? মসিদি অচুম্বনি ওন্নে ; অচুম্বগী ইপাক্তা, ময়ামগী থমোই পুম্না তামিন্নরুবগী রাতনি। কনাগীসু থোইনসিন নত্তে।

সরোঃ অদুগীসু মথক্তা, ইশাগী ইপোৎ ইরল, মীগী মথুক্তা চৎখিগদৌরবা মতমদা, ইথুৎ চনশিন্নবা হোৎনহৌবা অসিবু কয়ামুক য়াম্না লানথ্রবগে।

ব্রজঃ বন্ধানগীদমক্তা থানখিবা মতম অসি য়োনা রাৎলিঙৈনা কনানা য়ুম-ইংখোল অসিবু অঙাংগী শান্নপোংকুম লাকখিগদৌরিবা?

সরোঃ জগোইশাবী শ্যামাকুমারীনা।

ব্রজঃ করম তৌনা?

সরোঃ নহাক্কী চাগ্রবা মরূপ ইবোতোম্বীনা হায়রম্মী— নহাক্না শ্যামাকুমারীদা য়ুম ইংখোল অসি নামা ওনগদৌরে হায়না। অদুগীদমক্তা নামা ওনবা য়াদনবা লুপা ৪০০/৫০০দং চংনা শীলহৌসি হায়নসু হৌদোক্লম্মী। অদুবু অরেম্বদা পৈশা অমুক তিংলুবগী মতুক্তা, হল্লোক-হৌবনা হেন্না ফরে খন্দুনা পৈশা অদু মঙোন্দা পীখি-দবনি। অদুগীসু মথক্তা শেল-থুমগী থবক্তিনা ঐ ইতোমত্তনা ইনিঙ তৌবা ঙমখিদে। মসিদা কয়ামুক য়াম্না ঐনা অকায়বা থবক তৌগ্রবগে?

ব্রজঃ ইস। ইবোতোম্বীনা অহুমক য়ৌনা হায়রম্লবা। রা অহৃদি কনানা মাঙোন্দা হায়রকই হায় ?

সরোঃ কনানা হায়বা ওইগনি— নহাক্লনিদনা।

ব্রজঃ ঐহাক্লা মঙোন্দা হায়বা ? হ…হ… ! নমথাক ! ইমাংমক্তা উনা উনা অমুকম্ম নমথাক্কী মিন্নং !!

সরোঃ , কন্নিগী নমথাক ওইরুগনি ? সুংশিৎ শিন্তনা উনা লেঙবা হৌনব্রাও ?

ব্রজঃ ইবোতোম্বীনা হায়বা থুদিংমক নহাক্লা হেক্তা থাজব্রবগী রানিনে ?

সরোঃ থাজফম থোকপগী মতুংইম্না থাজব্রবগী রাদনি। অচুম্বা রাদবু অমুক থাজরোইদবগী করি মরম লৈবগে ?

ব্রজঃ অচুম্বনি হায়বদি নও করম খঙ্ডি ?

সরোঃ রাগী লৈনফম থোকপা মরীগী মতুংইম্না—।
নহাক্কী নফমদদি ইবোতোম্বীদগী ঐহাক্লা হেন্না মীনম্লবা ?

সরোঃ মথুদি ঈশ্বরনা উরিগনি।

ফরে ফরে, অদু ওইরবদি ; থাজফম থোক্তবা মীবু নহাক্কীনি খনবগী মহুত্তা, থাজফম থোকপা মীবু নহাক্কীনি খনখনা হেন্না ফরেদনা ? অহুনা, ঐবু নঙগীনি হায়না খনবগী মহুত্তা ইবোতোম্বীবু নহাক্কীনি হায়না খল্লবনি হায়বা ?

সরোঃ ইস। অমুকস্ম তাইহেন্রবা রা !

ব্রজঃ ঐনা নংঙোন্দা হায়রিবা রা অসি নহাক্লা পামজবা লম্বী

অঃনি ! মসিদা তাহৈব-তাহৈদবগী ৱা করিহ্ন লৈতে।

সরোঃ কৈদোবগে ৱাফম অও অমুক হন্না ঐগী নাকোংদা তাহনবিৱগন্নগবা ।

ব্রজঃ চুম্মি, তাহন্নিংলরোই। হুৱানবা মীনা মপুগী মাঙদা মাগী মরাল হায়দোকহন্নিঙবা হৌনদে। নঙদি ঐগী ইফমদা লৈরম্বা মরী অহু হুৱান্দুনা ইবোতোম্বীগী মফমদা কৎপা ঙম্বীনি ।

সরো' ( খাঙবা ঙমদনা ) ইস' ইবুংঙো ! অৱুগুম্বা পাপকী লম্বী অহুদা ননাইনুপীবু পুশিনগে হায়না খনবিগন্থ। (ব্রজমোহনগী মখোঙ পায়হুনা ) নখোঙ থম্বান্দা ৱাশকচরি, তোল্লবী ঐগী ধর্ম্মগী মমায়দদি মকহনবিগন্থ ?

ব্রজঃ ( চপ্থোক্লুনা ) ফাঁসীগী য়াথং পীৱবা মীগী জবান অমুক নৌহৌনা লৌনিংঙাই লৈতে সরোজলতা।

সরোঃ ( হায়কম তোকম থঙদনা কপ্লুনা ) ইস। ইবুংঙো। কয়ারক হন্না ঐবু অৱাবগী কোমদা লংথবিগে খনবিৱিবগে ?

ব্রজঃ ব্রজমোহনগীদি অমুক হায়খিবনা অরেপ্পনি।

ব্রজনঃ তামো !

ব্রজঃ ঙসি ঐনা নঙগী নফমদা অৱোইবা য়াথং পীৱি। অমুক হন্না ঐনা য়ুম অসিদা চংলকপদা নঙগী নশক উৱবদি, পুন্সিগী ওইনা মফম অসিদগী বিদায় লৌৱগদবনি। ঙসিদগী হৌনা নঙগা ঐগা মরী অমুক লৈনৱবনি ;

নহাক্না চৎনিঙবা লম্বীদা ননিঙ তৌনা চৎখিবা য়ারগনি।

(ময়াম্না থুনা চৎখি)।

সরোঃ অমুক্তা ঙাইবিখো!

ব্রজনঃ ইতৈমা, খাম্মুরন্নু।

সরোঃ (ব্রজমোহন্না চৎখিবা মায়কৈদা য়েংহনা) চৎখ্রে; ঐবু তমথিরবা মৈগক্তা লংশিল্লম্নগা নিংঙাইবা লৈতনা মহাক চৎখ্রে।

ব্রজনঃ ইতৈমা, অসিগুম্বা অঙৈংবা লৈত্রবা পুন্সি অসি লেন্দুনা হিংগদবগী শরুকপুদি, পুন্সি অহু পোথাবা ফংগদবা মফম তাম্না চৎখ্রো। যমগী কুণ্ডদগী হেন্না তমথিরবা মফম অসিনা ঐসু অমুক হল্লক্লরোই।

সরো। করিগী মফম অসি থাদোক্কনি ইবুংঙো? মফম অসিনা ঐগীদি স্বর্গান। মফম অসিনা ইমাগী তম্পাক্তগীসু হেন্না মমল য়াম্মী ঐঙোন্দদি। মফম অসিদা থরায় থাজবা ঙম্নবতদা ঐগী অন্নান খুভম ফংজবা ঙমগদো-ক্লিকপি। মপুরোইবগী মিৎনা অমুক্তং য়েংবিরক্কদবা মফমদা মোংফম ওইবা ফংজবা অহনা নুপী ওইবীশিংগী ধর্ম্মগী মহৈ য়ানবনিনে ইবুংঙো।

ব্রজনঃ অহুবু অসিগুম্বা বজ্রদগীসু হেন্না তমথিরবা রাহৈশিং অসি তাহনা কয়া কুইনা হিংবা ঙমথিগদগেনে ইতৈমা?

সরোঃ মহৈগীদমক্তা করিসু চিংননিংঙাই লৈতে ইবুংঙো! চৎখিসম্নু মহাক! তমথিরবা মীনোক-মৈশারক্তা লংশিল্লমসম্নু

ঐবুস্থ ! মহুদা ঐগী চিংনবা করিস্থ লৈতে। অদুবু ঐনা মসিমদি চাউথোক্লা হায়বা ঙমগনি— ঐনা মাবু থল্লায় হকচাং য়াউনা তশেংনা নিঙজবমক্তা ওইরবদি, ঈশ্বরনা মহাকপু অমুক্তংদি ঐগী ইনাক্তা শোয়দনা থাবিরকনি।

ব্রজনঃ ফনা য়াম্না হায়দুনস্থ, ইতৈমা, মশাগী মপোৎপু মীগীগুম থন্দুনা মথৃত্তগী মথৃৎনা মুনগদবগী হোৎনবা, অরানবগী মফম অসিদা ঐদি শুক্লে লৈররোই ; সরকারনা ঐগী-দমক্তা পীবা কার্টরদা লৈজকরগে ইতৈমা।

(চৎকে তোবা)।

সরোঃ (থামহুনা) ইবুংঙো।

ব্রজনঃ (অমুক হঞ্জিল্লক্‌না) অদুগা ইতৈমস্থ মামগী নাক্তা শাস্তি লৈনা লৈবিরুরো। ঐ চৎচরে ইতৈমা।

(য়াম্না থুনা থোকখি)।

সরোঃ ইবুংঙো !

———×———

# ৪

শ্যামাকুমারীগী ইমুং ।
শুমিদাংবাইরম— অমম অঙান শিন্নরকপা।

শ্যামাকুমারী মশা নাম্না কোলেজদগী হল্লকই। ঙাইহাক হুমাং হন্দোকই। মতুংদা ইরাবতপু কৌই।

শ্যামাঃ তাইরাবত ! তাইরাবত ! কদাইদা চৎথ্রবনোনে— য়ুমগী মথাদা ঙাইহাক্তা লৈতবা অসিবো ! হন্দক-মরক মানা মফি ময়োলকা অম্মুক য়াম্না নানথৎলক্লিবা, য়ুম অসিদা ঙাইহাক্তা ফাউবা লৈনিংদবগুম্বা অমা তৌথৎলক্লিবা অসিবু করম তৌরিবা জাৎনো— মাগী মিহুন মতা অসিদা ওম্থোক্লা হুংশা থীব্রেদা !!!

( ইরাবত মশা নাল্লগা মপান্দগী কৌ-কৌহুনা চংলকই )।

ইরাঃ ( মপান্দগী ) ইবেম্মা ! ইবেম’শ্যামা ! ( পরপ পরপ চংলক্লগা হরাউনা ) ইবেম্মা !

শ্যামাঃ ( তপ্না ) করিনো তাইরাবত ! তপ্না কৌবা য়াদবরাও !

আ— মপান্দগী হৌনা লাই লাউবদোনা লাউয়ক্লিবগুবু করিগীনো ?

ইয়া: ( চে অমা পীদুনা ) ইবেম্মা, সে 'সি অমুক্তা করিবো য়েংবিয়ু— চন্দ্রিকানা পীরকপনি !

শ্যামা: ( লৌদুনা য়েংলগা ) 'সিদি কোলেজগী প্রিন্সিপালনা ঐঙোন্দা পীরকপা চেনিনে।

ইয়া: শোয়ব্রবরা ইবেম্মা ?

শ্যামা: শোয়ত্রে, কোলেজনা ঐঙোন্দা থারকপা চেনে।

ইয়া: ( দাই হন্দুনা ) ইস ! ওস্মোক্লা দাই য়াত্রেদা ! ভাবনা দগান শারগা দশা ফত্তহনা নিথায় হায়বহ ঐঙোন্দা হেক থোকইদা !

শ্যামা: চে'সিনা নঙোন্দা করি ভৌরবাগেনে তাইয়াবত ?

ইয়া: য়েঃ করিসু নত্তেদা ইবেম্মা ; চন্দ্রিকানা ঐঙোন্দা পীরকপা অদুদা ঐনা মণ্ডল-মণ্ডল থম্লুবগী য়ানি। চন্দ্রিকা হায়বী অসিনদি— ( ইকাইনা ) হেরা, ইবেম্মনা হেন্না থঙবিরিবা অংনিদা— !

শ্যামা: ( নোক্তুনা ) থঙলে. থঙগে ; চন্দ্রিকানা নংঙোন্দা পীরকপা হুংশি চিঠি— ।

ইয়া: ( মরক থত্তুনা ) হেরা ইবেম্মা, মহ পনবীরকদু ; মিহুন চেনগুম চেনগানৈদা ।

শ্যামা: অদুবু 'সিদি ওইরমত্রেদনা ! ( থঙহৌদনা মিৎ চোংবগী থুদম উত্তুনা ) ইস ! ঙসি অসিবু করি থোক্লগবা !

মিৎনা মিৎ কয়া চোংলিবা, ওসাইদগী হৌনা পাম্বোম অসিসু তোয়না তোয়না চোংই ; পোকচৈদগী উরকুবা মমঙলগী থুদমসু য়াম্না উই। পূক্লিঙ অসি তপথবা ইয়া য়াদেদা।

ইরা: থোইদোক্না পংচিং চিংনবিরুগনুদা ইবেম্মা। মিৎ চোংবা, পাম্বোম চোংবা হায়বসি থরায়-মি মকম চেত্নগসু পংথোক মথোকপনি ; অতুনা অমঙপ ঙাক্তা থোকনি হায়বগী করিসু অকক্নবা নিয়ম লৈ:তে। কনানা থঙগনি— ইবেম্মগী মঙল ওইবা থোদোক অমা থোক্লকপসু য়াই। নত্তে, চিঠি দুগী মরোলবু করিনো ?

শ্যামা: চিঠি অসিগী মরোলবুদি ঐথোয়গী হন্দক পৃথিবী শীন-থুংনা চৎকদৌরিবা জগোইগী টুর অসি লাক্লিবা মার্চকী তাং ১ দা শোয়দনা চৎলগনি হায়না ঐঙোন্দা পাউ থঙহন্নকপনে।

ইরা: য়েং, অতুনবিদনা মিৎ-পাম্বোম চোংই হায়রিবদি। করিমত্তা মুংশা থীবিরুনু, করিমত্তা মুংশা থীবিরুনু—, ইবেম্মগী লাইবক ফরকপগী মওং ভাক্লকপা থুদমনি।

শ্যামা: হোয়দা তাইরাবত, ফনা হেক থম্লোক্লগা লোইরেদা। ভাবপু ফরবা, রাখলবু শেংলবদি হু চাবা ফাউবদা মীওইবা হায়ব'সি শিদে হায়নরিবনি। রাখলবু কক্লবদি অমৃত ফাউবদা হু ওল্লি হায়নে।

ইরা: অছনে ইবেম্মা ; শগোল কারুনা কাউথত্তুনা মথুরাই পূমতৎ তৎলবা নোংবান, ভাবপূ হৈবদগী কমদৌথিবগে ? মজাইবেম্মা থোইবীগী মন্ত্র, "তৎলো, কেল্লো" তাবদা খুদক্তা চৈনাখোল কোকখিবা নত্রাও ?

শ্যামা: ( নোক্তুনা ) জগৎকী পুয়া ময়ামসিদি নওনা লোইনা পায়রেদনা তাইরাবত !

ইরা: পুযা পায়বগী রা নত্তে, অহল-লমম মনাক কবা হায়বহুনি। অহুবু ইবেম্মা, অরুবা অমদি— করিগুম্বা জগোইগী টুর হায়রিবসি চৎপা তারবদি করম্বা মওংদা চৎপিগদৌরিবনো ? ব্রজমোহন বাবু লোয়নবীগদৌরিবরা নত্রগা ইবেম্মদমক চৎপিগদৌরিবরা ? অদুগা ঐনা কমদৌবা তারিবা ?

শ্যামা: তাইরাবত, মসিগী রা অসি থরা থমবা দরকার ওই ! মরমদি চৎকদৌরিবা টুরগী কাংবু অসিনদি দরকার ওইবা মীদগী হেন্না অতোপ্পা মী য়াউহন্নিরদে। অদুবু ঐথোয়দি ইপুরোইবা লৈবী হায়বহ ওইরিবনিনা অমুকন্তু ইতোমতা চৎনিংদে।

ইরা: হায়রিরিবা অসিবু করিনো ইবেম্মা ? করিগুম্বা মথোয়না ব্রজমোহন বাবু য়াউবগী রাফমদা য়াবিরক্তবা তারবদি ইবেম্মা চৎপিরোইদৌরিবরা ?

শ্যামা: ঐ চৎলোই তাইরাবত।

ইরা: চৎলগা করি কায়বা ?

শ্যামা: করি কায় হায়বহৃবু কনানা হায়বা ভমগদগেনে তাই-
রাবত্ত ? নহাক্না হেন্না খঙলিবহৃনি— ঐ জগোইশাবীনি : খোঙথাং খুদিংগী, মিনোক খুদিংগী, মিৎয়েং খুদিংগী সমাজ অসিনা বদনাম পীশিনবিগদবগী ময়া কাখৎনহৃনা লৈরিবনি। অহৃনা করিগুম্বা মতমদা ঐদি ইপুরোইবগী মফমদা বিশ্বাসঘাটক ওইবা, ওইত্রবস্ন ওইবা য়াবা থবক্তি তৌরোই।

ইরা: ব্রজমোহন বাবুনা চৎলুচো হায়না মশানা য়ারবম্ন— ?

শ্যামা: অহ্ন ওইরবদি, মাগী খুয়াগী উকুল ঐগী কোকথক্তা হাপ্লগা ঐ চৎখিবা ওম্মি। (ইবোতোম্বী চংলকই)।

ইবো: ( চংলক্লুনা ) শ্যামাকুমারী।

শ্যামা: ও, তাইতোম্বী করি থবকীনো ?

ইবো: নহাক চৎখিগদৌরে হায়বগী পাউ তাহ্নুনা চুম্না হংবা লাকপনি। করিনো রাহং মওং অমা ওইনা তৌইদা! ঐখোয়না ইমুং অসিদা চংলকপা অসিবু ইয়ামক য়াখি-জবা ভাংলা ?

শ্যামা: করিগী য়াদনি হায়বগেনে ? হুন্নানবা ফাউবা তাঙ্গা য়েংলগা সাধু শাহ্নুনা মপুগী যুমদা চংনরবা যুগ অসিদবো ?

ইবো: হায়রি'সিনদি ঐ অসি হুন্নানবা তারেনে ?

শ্যামা: তাইতোম্বীবু হায়জবা নত্তে, প্রমানবু হায়জরিবা।

ইবো: হোয়নেহোয়নে, চঙজরকপা ঐদমা লায়ে। অদো— টুর হায়বহৃবু কৈদৌঙৈ খোঙশানবা তারবগে ?

শ্যামা: লাক্লিবা মাচ্চ'কী তাং অম'সিদা । ( ইরাবত্তা ) তাইরা-বত, নত্ত ইমুংগী থবক অমুক্তা লোইশিন্নুচো ।

( ইরাবত্ত চংখি, শ্যামাকুমারীস্থ মপান্নোমদা ওন্দুনা লাওতরুবা মিৎয়েংনা য়েংঙি ) ।

ইবো: ব্রজমোহন বাবুদি চৎকদোরিব্রা, চৎলোইদোরিব্রা ?

শ্যামা: মত্তগী অকুপ্পা মরোল অমা থত্তনবা রা ভাংনখিবা তারি । ( হান্নগুম মপান্নোমদা চিংনবা মিৎয়েংনা য়েংহুনা ) অহ্নগা, করিগুম্বা মহাক য়াউরোইদবা লৈরবদি ঐস্থ চৎলোই-দোরিবনি ।

ইবো: ( শ্যামাগী মতৌ য়েংহুনা ) মপান্দা য়াম্না তোয়না য়েং-লিবসিবু করিগীনো ? কনাগুম্বা লাকনি হায়রম্বাও ?

শ্যামা: মহোয়' তামো লাকপ্রা য়েংজরিবনি ।

ইবো: করম্বা অথুবা থবক— ?

শ্যামা: থোইদোকপা লৈজদে । ( অমুকস্থ মপান্নোমদা য়েংঙি ) ।

ইবো: ( মরৌ তোনা ) ঐভোন্দা রা থুপকহু শ্যামা ; তিম্নবা তারবদি পুকচেল শেংনা তিত্তবনা কৈ ।

শ্যামা: পুকচেলবু শেংবিরবদি অত্তমত্তাই, কৈদোরবগে ?

ইবো: শ্যামা, ঐখোয়গীস্থ থমোই লৈরিব্বনি ; মচেক্তা ময়াদা য়ৈংনা হায়বগী মহুত্তা, নহাক্না চিংনরিবত্ত করিনো— তশেং-তশেং হেক্তা তায়দোকপনা ফৈ ।

শ্যামা: করিস্থ চিংনবা লৈজদে । ( ব্রজমোহন চংলক্লুনা রা তাম্ব ) । তাইতোম্বীনা ঐবু অরানবা মওংদা নত্তনা পুকচেল শেংনা হুংশিবিরিবা অমদি ঐগী অরা-হুংত্তাই,

ইজ্জৎ বদনামগী ইথিল থুদিংমক তাইতোম্বীগী থম্মোইদা ফাউবিরিবা অতুকী মখৈ, তাইতোম্বীগী নকমদা ঐগী চিংনবা করিস্নু লৈজদে।

ইবোঃ শ্যামা, নঙ মতু ফাউবদি ঐগী ইকমদা হায়মল্লি। য়াম-জবদা ব্রজমোহনগা নঙগা থঙনজিবৈ মমাঙদগী নঙ-ঐ খঙনরকপনি, পুকচেল শেংনা তিন্নরকপনি। অদুনা, ঐহাক্না নঙবু নুংশিবা অসিনা, ব্রজমোহন্না নঙবু নুংশি-বদগী করিস্নু হেন্না ময়েং তাবা নত্তে।

ব্রজঃ (তারবদগী) চুম্মি, করিস্নু ময়েং তাবা নত্তে। (ইবো-তোম্বী শ্যামাকুমারী ঙকই, শ্যামাকুমারীদি অকিবস্নু পোকই)। শ্যামাকুমারীবু নুংশিবগী মরমদদি ইবো-তোম্বীনা ঐঙোন্দগী তশেংনমক হেল্লি; অদুগা শ্যামা-কুমারীনস্নু ঐঙোন্দগী ইবোতোম্বীবুনা হেন্না নুংশি।

ইবোঃ ব্রজমোহন বাবু!

ব্রজঃ মরূপ, করিমত্তা চিংনবিরুগনু। ঐনা মরূপকী নিঙবা থুংনবা শোয়দনা হোৎনজরগনি। ঙসিদগী হৌনা শ্যামা-কুমারীবু মরূপকী খুত্তা ঐনা শিন্নজরগনি।

শ্যামাঃ করিনো ঙসি ঙাংবিরিবা ৱাগাং অসিবো?

ব্রজঃ (শাউনা) তুমিল-লৈয়ু থাজবা হাৎপী! ঐ নঙগী নল্লা তানিংদে। (ইবোতোম্বীদা) মরূপ, মতম কুইনা য়েংলকপা ঐগী চাংয়েং ঙসি ফল তারে। ফল অসিগী মতুংইন্না ঐনা পীজবা এনা মরূপপা শোয়দনা লৌবিয়ুকো!

ইবোঃ মরূপ! ঐবু অদু য়োনা থাজদনা থনবিনু।

ব্রজঃ (মথুৎনা খামহনা) খঙজরে. তুমিল লৈবিরো। (শ্যামা-কুমারীদা) শ্যামা! নহাক ঙসিদগী ঐগী রাখল থাদোক্লো, নহাক্না নিঙবা লম্বী অদদা ননিঙ তম্না চৎখ্রো! অহৗগা, অসিমসু খঙঙু— ঙসিদগী হৌনা ঐহাকসু পূকচেল লেপ্তবী জগোইশাবীশিংবু থাজবা থাদোক্লবনি।

শ্যামাঃ মহ অমুক হন্না তাকপিগনু। (ব্রজমোহনগী মখোঙ পায়দুনা কপ্তুনা) নখোঙ পান্নহনা ঐনা রাশকচরি— ঐনা নঙবু শকখঙজবা হুনিত্তগানা ঙসি ফাউবা অসিদা নঙগী নফমদা থাজবা য়াদবী অমা হায়বদো ওইজক্ক-ক্তিবী ঐহাক্নি।

ব্রজঃ (চখোক্তুনা) অহৗগুম্না নৌথশিন্নদুনা ঙাংনবগী মতম অহু হৌখ্রে শ্যামা। খঙঙু— মুপী অমা ওইনা পোক্ল-খদি মপুরোইবগী য়াথং ন্নাংমদা কৈদৌউদসু থবক তৌরোইদবনি। মপুরোইবগী নিঙন্না থুংহন্নবগীদমক অন্না-অনা থাঙগদবনি। মতৌ অসিগুম্না থাজবা য়াদবা মঙংদা মপুরোইববু ন্নাহনগদৌবা নত্তে।

শ্যামাঃ (ফুক হৌগত্তুনা) নহাক নত্তনা কনাগুম্বা নিপা অমত্তা মিৎনা হন্না য়েংলক্তবী ঐবু নঙগী নফমদা থাজবা য়াদবী!!

ব্রজঃ শ্যামা, নঙবু থাজনবগী মতম ঐগী ইকমদা লৈত্রে। মতম অমদদি ঐ নঙবু থাজরম্মী। নঙবু থাজবা মন্নমদগী মরাল লৈদত্রবী সবোজ্রলতাবু ঐনা থাদোকখি;

লুংশিরবা ইনাউ ব্রজনন্দবু ঐনা কাউথোকখি। মখোয়না হায়জবা কয়া তাদনা মাঙহনফম থোকত্রবা লন-থুম কয়া লম্বীগী উফুলগুম মাঙহনখি। নঙবু থাজবা মরমদগী ইকোকথক্তা নঙবু থাজগ্তুনা নঙগী ননিঙ থুংনবত্তা ঐনা হোৎনখি। অদুবু মহৃগী অদুতাগী ঙসিদি মায়কৈ মরিমক্তগী ঐগী ইমায় অসিদা মিংচৎ-থীবগী কোক্লরোইদবা কালি চাইশিল্লক্লে। অদুনা ঙসিদি নঙবু থাজনবগী মতম অদু হোৎখরে।

শ্যামাঃ অদু ওইরবদি অমুক্তা হায়বিয়ু— নঙগী নফমদা করি হায়রগা নঙগী পেন্নবা করম্বা থবক তৌরগা, নহান্না ঐবু থাজবিগদগে ?

ব্রজঃ নঙগী চিরোন রাহৈ তারগা, নঙগী নমথাকী থবক উরগা ঐনা অমুকহন্না পঙথহনা লৈনবগী মতম অদু হোৎখরে শ্যামা।

শ্যামাঃ থরায় অসি নহাক্কীদমক্তা থাদোক্লবা ফাউবদা থাজবিরোইদবা ?

ব্রজঃ মশাবু ইকাইবদগী কন্নবগীদমক আত্মাঘাট তৌবা মীশিংবু ঐনা কৈদোউঙৈদস্‌ থাজগদবা নত্তে শ্যামা।

ইবোঃ ব্রজমোহন বাবু ; ঐনা ঙসাইদগী অস্তম তাজববু মরূপকী রাঙাং অমদি রাখল অদু য়ান্না কা হেঙ্গিন-মনখরে। অদু য়োনা পুকচেল পীকপিবগী করি দরকার

নৈষগে ? মরূপ অমবু কৱবগীদমক মরূপ অমনা থারি কাউবা থাদোক্লন্নিবনি । মরূপকী য়াঙাং অমুদি য়াম্না মরূপ মশক থঙদবা মানশিন্নরে ।

ব্রজঃ চুম্মি, ইবোতোম্বী বাবুনা মরূপ মশক থঙথিবমুক ঐদি মরূপ মশক থঙজদে । অদুগা অসিমদি থাজবিনু মরূপ ওসি, ইবোতোম্বীনা ব্রজমোহনবু মরূপ অমা ওইনা ফংলমত্রবদি ইবোতোম্বীগী ফিতম অসি য়েংনা কয়রোই ।

ইবোঃ ব্রজমোহন বাবু !

ব্রজ: অদুগা অসিমসু থঙজিনথিনু—হুন্নানবা অমসুং মপুঙ্গী মরক্তা মরূপকী য়া হায়বা অমমুক নৈতে ।

ইবোঃ ব্রজমোহন বাবু, অসি য়েংনা হৌনা লোনচং য়াউব্রবা য়াঙাংশিং অসি তাহনা ঐ পম্বজররোই ; ঐ চৎচরগে । ( চৎপা হৌই ) ।

ব্রজঃ অদুক্তা ডাইবিথো ।

ইবোঃ ( হজিল্লক্লুনা ) ঐবু অমুক থাম্বিহনা ইকাইবা পীবিরগনু ।

( থুনা থোকখি, ইরাবত থোক্লক্লুনা মখোয়গী মতৌ য়েংখি ) ।

ব্রজঃ ( শ্যামাকুমারীদা ) নঙদি হৌজিক কাউবা করি তৌরি ? চৎখ্রোদনা নঙনা হুংশিজবা মীশক অসি চৎখরে ।

শ্যামাঃ ( ব্রজমোহনগী মথোঙ কোম্বুনা ) য়াকম অদু ঐগী নাকোং অসিদা তাহনবিগনু । ঐগীদি মকম অসিদা

স্বর্গনি, মফম অসিনা পুন্সিগী লাম্নফন্নি।

**বাজ:** (চথোক্তুনা লেপ্লগা) অমুক চিরোন তৌগে খল্লগন্নুলে ওক্তবী। মফম অসে ঐগী লৈফম্নি, য়ুম অসে ঐগী ইরম্বনা শাবা য়ুম্নি— খঙলবরা? ঐনা চৎপ্রো হায়রবদা নহাক্না মফম অসিদা অমুক হন্না পম্বনবগী করি হক লৈবগে? মিকুপ খুদিংগী পুংজা খুদিংগী হেনগৎলক্লিবা বদনামগী মৈরি অসিবু মুখৎপগী মহন্তা হেনগৎহন্নবতা থৌরাংলিবী, মপুরোইবগী মিংচৎ থীনিংঙাইদা ওইবী নহাক্কী মুপীবু ঐনা অমুক হন্না য়েংহনা লৈথিগত্রা? ঐনা চৎপ্রো হায়রর্বাদ হেকমক চৎপ্রোদনা।

**খ্যাম্না:** (অমুকম্নু মথোঙ থোম্নুনা, ফগু না ঐবু মফম অসিদগী চৎলো হায়বসিদদি হায়বিগনু। নহাক্না থাজবিনবগী-দমক নথোঙ-খুয়া-থম্বান্দা থরায় থাজবা ঙম্বা—'সিমন্তদি ঐঙোন্দা পীনবিয়ু।

**বাজ:** হুয়ান-লোনচৎ চৎপী। নঙগী অমাংবা হকচাং অহনা ঐগী হকচাং শোক্তনা হূগী চৈনা পীরগন্নু; চৎপ্রো চৎলো মফম অসিদগী। (খোঙপাক্না কাউহনা) চৎপ্রো চৎলো মিকুপ অসিমক্তদা (শাউনা চথোক্তনা লেপ্লি)।

**ভামাং:** (ভুরম্বদগী ফুক হোগক্তুনা, থৌনা ফনা) কয়ারক হন্না নঙগী মথোঙদা হায়জবা নহাক্না তাবিদরেদনা? ফরে, নহাক্না পেন্নমবগীদমক নহাক্কী য়াথংবু কোকথক্তা হাপ্তুনা ঐ চৎচরগে। (ইমুংদ চংথ)।

**ইয়া:** (পাথৎনা) বাবু, রাফম অসিগী মরমদা ঐখোয়গী

ইবেম্মা ময়াল লৈজদবীনি।

ব্রজ: ইরাবত, নখোয়গী রাখম্না নবেম্মা শ্যামাগী নমচংবী মরমদা করিসু খঙবা ঙম্বপোৎ নত্তে। ছুমিল-লৈমু। (থোরক্লুনা ব্রজমোহন্দা খুরুম্নগা, মথোঙদা মরাইবক কচ্‌না) ইবুংঙো, ঐ চৎচরগে, অদুগা অসিমখংদি য়েংবিয়ু- জগোইশাবী শ্যামাকুমারীনা মপুরোইবগী পেম্নবগীদমক করি থবক পাঙথোক্লকপগে হায়বদো।

(মপান্দা থুনা থোকখি)।

ইরা: বাবু, য়ারবদি ইবেম্মবু অমুক্তা কৌশিনবিয়ো; শোয়দনা খুদোংথীবা অমা থোক্লরগনি।

ব্রজ: ইরাবত, খুদোংথীবা হায়বসি পঙনা থোকপা য়াবা হৌনদে। ঐ খঙই, মহাক কৈদৌঙৈদসু আত্মাঘাট তৌবা ঙম্লোই, কৈদৌঙৈদসু ইবোতোম্বীবু থাদোকপা ঙম্লোই। নমথাক্কী অচুম্বা লংজিন অদুদং চিংথোক্কে তৌবনি। হৌজিক্তি ঐ শান্তি ফংলে; ঙসিদগী হৌনা পাপ্পা থম্বা মফম অসি ঐসু থাদোক্লবনি। নহাক্না য়ুম অসি কোন্দুনা লৈহৌরো ইরাবত, ঐ চৎলে।

(থুনা থোকখি, ইরাবতনা তৌকম খঙদ' য়েংহৌই)।

—— x ——

তাবিথিদবা মহাক্না মাবু তাখি-তাওইনা তৌবিখিবা অহুনা মহাকসু নওগী নকমদা রা ঙাংজবা ঙমখিদবনি।

ব্রজ: ঐ পুন্নমক থঙজরে। হৌথিবা থৌদোক পুন্নমকী ইরান অসি ঐগীনি। ঐনা ঙাইহাক্কী ওইবা হুংঙাইবদা মিং থব্লু্বদগী তুংদা লাক্কদবা অন্নাববু উবা ঙম্লু্দে। মরম লৈতনা মীবু থাজক্লবদগী ইশাগী মাওনবা ইশানা শিক্লকই। অহুবু ঙসিদি ওইদবা নমথাক ময়াম্না চামথোক-প্রবা থমোই অসিদা অচুম্বগী মঙাল ফাউরক্লে।

(তাঙ্গা অসিমক্তদা মপাল্লোমদগী "থংলো থংলো।" "মায়কৈ অদোমদা চেনহনখিহু।" "মশা শোকহল্লনা কানবা হোৎনৌ?" হায়বমচিংবা পুলিশ ময়াম্না লাংলকপগী মথোন তারকই। মথোয় অহম্মক চপ মান্নমা ওকই। থুদক অসিদা মশম-মনা ফান্নবী; ফিরোনগী চেকশিনবা লৈত্রবী; মমায়দা, মশাদা, মফি-মরোল্দা ঈ মরীক-মরীক চোংলবী শ্যামাকুমারী মখুত্তা ঈ তৈবা ছুরী পায়হুনা থুনা চেনশিল্লকই। মাগী মতুংদা পুলিশ ইন্সপেক্টর ব্রজনন্দ মখুত্তা পিস্তোল পায়হুনা কন্সতেবল চাউথোইগা লোয়ননা তান্নরকই। কৃষ্ণচন্দ্রসু, ব্রজমোহনসু মতৌ অহুদা অমুক হেন্না ওকই)।

ব্রজন: এরেষ্ট হার! (পিস্তোল চৌংহুনা শ্যামাকুমারীদা) নথুং থাঙ্গৎলু।

শ্যামা: (লেপ্তু্না) ইন্সপেক্টর। ঐ চেনখ্রাঁ নেত্ত। মরাল লৈং-

য়ম্বা মীনা কৈদৌঙৈদস্ পুলিশকী মথুত্তগী নাম্বোকপ ঙম্বা য়েৌনরে। নখোয়গী নখুৎ চন্দ্রিঙৈদা মকম অসিদা য়োম্লোবা পাম্বগী ঐ মকম অসি তাম্না চেন্নকপনি। মে, থাঙ অসি লৌশিন্নু।

( থাঙ লংথোক্লই ; ব্রজনন্দনা মথুৎতা রুমাল পাইরগা থাঙ অদু খুনগৎলি। ময়াম পুন্নমকনা ঙকনৈ )।

সয়োঃ ( শোনবা ঙইনা ) মীহাৎপা !

শ্যামাঃ ইচেবেম্মা, মাসি ঐ মীহাৎপানি। ঐগী য়ুমদা লাকপা মীবু ইখুৎমক্না থাঙনা থিন্দুনা হাৎলবী মীহাৎপী শ্যামা-কুমারীনি! অমকপা লৈজরবী শ্যামাকুমারীগী পুন্সিদা মিংচৎ-থীবগী কালি তৈশিনগে হোৎনরম্বা পাপী ইবোতোম্বীগী পুন্সি মতোল লোমহর্ষণবী জগোইশাবী মীহাৎপীনি ইচেবেম্মা।

ব্রজঃ ( ঙক্না ) শ্যামাকুমারী !!

শ্যামাঃ ( নিংঙমদনা নোক্তুনা ) য়েংবিয়ু ইন্সপেক্টর সাহেব! য়েংবিয়ু ময়াম পুন্নমক! মপুরোইবগী পুক্লিং পেলহন-নবগীদমক্তা ঙসি জগোইশাবী শ্যামাকুমারীনা মপুরোইবনা চিংনবা মীশকপু থাঙনা থিন্দুনা হাৎলুরে। ঙসিদগী হৌনা শ্যামাকুমারী জগোইশাবী নত্রে, শ্যামাকুমারী মীহাৎপী ঙইরবীনি।

ব্রজঃ শ্যামা! নঙ মী হাৎলুরবকো!

শ্যামাঃ ( ব্রজমোহন্দা কপ্তুনা ) ইবুংঙো, মথোঙ খুয়া থম্বান্দা

মনাই ওইবী ঐনা কয়ারক হয়া কণ্ঠনা ঐবু চিংনবিষু হায়জবা, জগোইশাবী ওইখিবনা নওনা ঐবু থাজবি-খিদেদো! নথুয়া থম্বাল অসিদা থরায় থাগে হায়জর'-কাউবদা নওনা ঐবু লৌশিনবিখিদেদো! নওগী চিংনবা কোকহনবা ওমত্রবী ঐনা, নম্বু থাজহনবগীদমক্তা লৌ-জিক্তি পাপ চেন্নবা ইবোতোম্বীগী থমোই কিরাক থায়হনা মীহাৎপী অমা ওইরক্রে। 'সি কান্টবদা ঐবু থাজবিদ্রিবরা? অমুক্তা হায়বিযু—'সি কাউবদা ঐবু চিংনখিরিবরনে ইবুংঙো?

(শোন্ন হীক হীক লাউই)।

ব্রজ: (খাওবা ওমদনা) শ্যামা, ঐ নওগী থমোইবু থওবা ওম্লক্রে; নওগী নকমদা ঐ লানথ্রে শ্যামা।

শ্যামা: অসিগুম্বা চিংনবা কয়া অসি থোক্লকনি হায়রহনা মমাং-তৈগী মতমদগী হোৌনা নহাক্কী নকমদা ঐদি জগোইশা-বীনি, সমাজগী মীরা ঙাংনকন্নি হায়না কয়ারক হয়া হায়জখিবা— খংনা খওনা, তানা তানা, করিগীদমক্তা ঐগী থমোইবু লৌনম্বিখিবগে নহাক্না? মীতোপ-মীরা চানবিহনা মীকুপ অমত্তা ননাক্তগী হেন্দোকচদ্রবী ঐবু করিগী অত্ত য়োনা থাজবিদবগেনে?

ব্রজ: শ্যামাকুমারী!!

শ্যামা: হোজিক্তি, পেনবিরো, ইবোতোম্বীগী থমোইগী ঈনা নওগী মুংশি তর্পন কৎচরগে।

ব্রজ: শ্যামাকুমারী।

শ্যামাঃ অসি ফাউবদা পেনবিদবা লৈরবদি হৌজিকসু হায়বিয়ু— পাপ চেন্থে হায়না লৌবিরবা ঐগী হকচাং অসি নঙগী খুয়া উফুল মরক্তা ওম-থোইনা মাঙহঙ্গরো হায়বরা?

ব্রজঃ শ্যামাকুমারী! ঐবু ঙাকউ, ঐ নঙগী নফমদা লানথে শ্যামা। অপঙবা ঐনা মীগী মরা লৌরুবদগী নঙবু লাম্না লৌরুই। মীপুম খুদিংমক্তা জগোইশাবী নঙবু কত্তনা ঙাংনরকপা তোকঙা কয়া তারুবদগী ঐনা নঙবু চিংনরুই। অহুবু ঙসিদি ঐনা খঙলে— জগোইশাবী ওইরবসু নঙগুম্না মপুরোইববু পেলহনবা ঙম্বী নুপী অমুক হয়া উথিদ্রি।

শ্যামাঃ ঐগুম্না তোল্লবী নুপী জগত্তা অনি ঙন্দ্রবীনি; ঐনা লঙজথিবা ইরান কয়া ঙাকপিয়ুকো নহারা।

ব্রজঃ নঙ লান্দে শ্যামা, নঙ করিমত্তা দান্দে। মীগী তৌবিমল মশক থঙদবা, উন-উনা মীনম্বা ঙম্বা, অফ-ফত্তা খন্দনা অচংবা মীগী মরমদা হুলান্দুনা ঙাংবা ঙম্নবা, মশাগী ওইজবতা থিবা, শাগী শাজং চৎপা ইবোতোম্বীদি ঙসি নত্রবসু নোংমা শোয়দনা খাংঙথক্তা কেমগদবনি। নঙগী ঙসিগী মীহাৎ অসিদি য়াম্না অচম্বা মীহাৎনি শ্যামা; মীপুম খুদিংমক্কী কত্তনবতা শীজিন্নবা পাপ-চেনবা মহাক অহুদি মচেৎ মচেৎ কক্তুনা শাংখন্দা পীজখিবা ফাউবদা মতীক চাত্রবা মীশরি।

শ্যামাঃ (খুরুমহুনা) ঐবু আশীর্ব্বাদ পীনবীয়ু। মীহাৎপী

শ্যামাকুমারীনা মতম খরদং নঙগী সেবা থাদোকচবা তারে। ( মখূৎ অনি তিংথোক্তুনা ব্রজনন্দদা ) ইন্সপেক্টর!

ব্রজঃ ( থামহুনা ) নত্তে শ্যামা, নত মীহাৎপী নত্তে। ইন্সপেক্টর! মীহাৎপদি ঐনি। ঐগী ইচিন অসিনা ইবোতোম্বীবু হাৎলু হায়না মাগী মফমদা ইনশিনবনি। মপুরোইবনা পীবা য়াথং অহু নূপী অমা ওইনা মানা ইঙ্গবতনি ; মাগী মহুক্তা ঐবু হেন্দ-কপ তৌবিয়ু।
( মখূৎ অনি তিংথোকই )।

শ্যামাঃ ( মপুরোইবগী মখূৎ পায়হুনা ) মহু ভাকপীগনু। পুন্সি অসিদা নঙগী লমন্দা তোন্দুনা লাক্লবী, মিকুপ অমত্তসু নহাক্কী পেন্নবা ভৌবা ওমজরক্তুবী লাইবক থীবী ঐহাক্লি। অসিগুম্বা থুদোংচারবা মতম অমিদা নহাক্কীদমক্তা অন্নাবা খরদং থাওবা ওমজনবা শক্তি অদো মঙনা ঐঙোন্দা পীনবীয়ু। পীবিরোইদবা লৈরগনা মিকুপ অসিমক্তদা নহাক্কী নথুয়া থম্বান্দা থন্নার থাজবা ওন্নবা য়াথং পীনবিয়ু। ( থুক্লমী )।

ব্রজঃ ( ওন্না ) শ্যামাকুমারী!

শ্যামাঃ ( হৌগত্তুনা ) ইন্সপেক্টর! ( মখূৎ তিংথোক্তুনা ) মতম মাঙহনবিরগনু।

ব্রজনঃ চাউথোই!

( চাউথোইদা হেন্দ-কপ তৌনবা ইজিং পী ; চাউ-চোইনা হেন্দ-কপ তৌই ; ব্রজনন্দনা কাইল কাক্তোক্তুনা

কবি করিনো খগা ইশিল্লি। শরক অসিদা ইরাবত চেনশিল্লক্কনা তৌনরম্লিবা ইরাং অহু য়েংঙি)।

ইরাঃ (ন্নংঙাইতনা, রানা) ইবেম্মা ?

শ্যামাঃ তাইরাবত!

ইরাঃ (তৌফম খণ্ডনা ব্রজমোহন্দা) বাবু, ঐখোয়' ইবেম্মা তশেংনমক অমকপা লৈজদবীনি; মহাকপু অরাফম অসিদগী অমুক্তদি কনর্বিযু বাবু, অমুক্তদি কনবিযু।

ব্রজঃ (রানা) ইরাবত। (তৌফম খণ্ডনা মমায় লৈথোক্কনা খাওঙি)।

ইরা: (ব্রজনন্দদা অমূক) বাবু, ঐখোয়' ইবেম্মা মরাল লৈজদবীনি, মহাকপু থাদোকপিযু বাবু।

শ্যামাঃ তাইরাবত, ঐ মীহাৎপীনিনে খঙলববা ? মীহাৎলুরবী ঐবু করম্না ইরাল লৈবোইদৌরিবনো ?

ইরাঃ ইবেম্মা।

শ্যামাঃ রাগন্নু। মতম খবদং ঐ যুম অহু থাদোক্লব্বা তারে; নহাক্না যুম অহু নিঙথিনা শংলম্মুকো তাইরাবত!

ইরাঃ ইবেম্মা। (মমিত্তগী মপি তানা মুন্না য়েংহুনা লৈ)।

শ্যামাঃ (সরোজলতাদা) ইচেবেম্মা করিগুম্বা অমত্তং নিঙ্গে, পীনবিগদ্রা ?

সরোঃ (ওক্না) শ্যামা !!

শ্যামাঃ মীওইবগী জীবাত্মানা পরমাত্মাগী মফমদা চংজবগুম, হুপী ওইবী ঐখোয়গী চংজফমসু মপুরোইবনি ছায়না

হায়নৈ। জগোইশাৰী ঐহাক্তি লাইবক থীবা মরম্না ইপুম্নোইবগী সেবা মপূং ফানা তৌজবা ফংজদরে; ঐগী দেবতা ওইবিরিবা নহাক্কসু ঐগী সেবাদা পেন-বিথিদরে। ইচে, নহাক্কী নফমদা চংজকম ওইবা অহ্-গুম ঐগী ইফমদসু ওইবিরবা, সেবা তৌজনিঙলা তৌজবা ফংদ্রবা মহাক্কী পেন্নবা নহাক্না অমুক্তা হোৎনবিয়ু মতুতদা ঐনা লওজখিবা পাপ কয়া কোকচবা ফংজরে হায়না খঞ্জংগকো ইচেবেম্মা।

সরোঃ শ্যামা, মুপী অমা ওইনা পোক্লগা মপুম্নোইববু করম্না পেলহনগদগে খঙবা ঙমত্রবী পঙলবী ঐনি। মহাক্কী আদর্শগী মঙাল ফংলগা ইপুম্নোইবগী পেন্নবা তৌবা ঙম্নবা ববতুম ঐগী ইফমদা পীরম্মু।

শ্যামাঃ (মুংশিবনা থুমহৎনা) ইচেম্মা।

সরোঃ নহাক্কী অশেংবা থমোই উরগা, মম্লম্লবা থমোইদা ঙসি মঙাল লাক্লে ঙসিদি ঐনা খঙলে শ্যামা—জগোই-শাবী ওইরগা, ইশৈ শকপী ওইরগা মীপুম খুদিংমক ফত্তবা নত্তে; সাধু সন্ন্যাসীগী ফিজেৎ শেৎলগা খুদিংমক লোইনা ফরবা নত্তে। থমোই শেংবা মহাক অহুদি অতোনবা জাত্তা পোক্লবসু, হম্বা থাক্তা লৈরবসু অহম্বক ফহনা লৈগনি।

শ্যামাঃ মহু অমুক হন্না তাকপিগনু ইচেবেম্মা; মীপুম খুদিংমক্কী মীর্না ঙাংনকম ওইরবী জগোইশাবী ঐহাক্নি।

ব্রজনঃ ইতৈমা, ওসিদি অহুগুম্বা তবথিরবা অমুবা নোং অহু মহাক্কী অশেংবা থমোইদগী হোরকপা নোংম্বুংশিংনা থাম্বা হুমদোক্লুনা পুথরে।

শ্যামাঃ (ওম্না) ব্রজনন্দ।

ব্রজনঃ ওসিদমীদি ঐনা মীপুম খুদিংমক্কী মকমদা লাউগনি ইতৈমা; কনাগী হোরককম ওইরবা, জগোই-ইশৈবু মশক থুম্না থওবা ওমজরবা মখোয় অদো মশাগী পুন্সিবু মশক থজরবনি। অসিগুম্বা মশাগী পুন্সিবু কয়েরিম্বা অপওবশিং অসিনা লৈরিবমখে, মখোয়গী মন্না তারিবমখৈ কৈদোউদম্না থাতি অসিনা মওক হাইগৎনকাংবা লৈত্রবনি।

শ্যামাঃ ইবুংঙো, মতৈমা অমা ওইনা মনাউগী পেন্নবা ভোবা ওমজরবী মীহাৎপী ঐবু অন্নাকপ তাম্না পুন্নরে।

ব্রজনঃ শোয়দনা চৎকনি; অহুবু অসিমত্তংদি ঐনা ময়ামদা থওহল্লমগনি; মহুদি— ঐগী মুংশিরবী ইতৈমা শ্যামা-কুমারী মীহাৎপী নত্তে, সমাজগী অমোংপা শেংদোক-পীনি। মমহুনা লৈরবা সমাজগী মিৎয়েংদা অত্তানবা শক্তি পীহুনা অচুম্বগী মশক উহনবীমি।

শ্যামাঃ চৎলসি ইবুংঙো।

ব্রজনঃ লেওলসি ইতৈমা।

শ্যামাঃ (ব্রজমোহনদা থুক্কমহুনা) ঐবু ওাকপিয়কো ইবুংঙো।

ব্রজঃ (শ্যামাবু হোৌগত্লুনা) শ্যামাকুমারী!

শ্যামাঃ (সরোজলতাদা) ইচেবেম্মা!

ময়োঃ (নিংডমদনা) ভামা!

(খামা ভয়াতয়া থোকখি, ময়াম নিংডমদনা য়েংহৌই)

ব্রজনঃ (ব্রজমোহন্দা) তামো, য়াম্বদি তামোনু—।

ব্রজঃ ঐ লাকে ব্রজনন্দ।

(ব্রজনন্দ, ব্রজমোহন, চাউথোই মুংথ-মাংথা থোকমিয়থি)।

কৃষ্ণঃ (য়েংলুরগা) য়েংও, নথোয় পুরুষক! মপান্দা মরা উরবা, ঐথোয়না কোরিমি থরবা মনি-মুক্তা কয়ানা ওসি অশেংবা মশেক-মঙালগা শোয়ননা চাল্লি। জগোইশাবীনি হায়বগীদমক্তা উশিং-থওইরুবী খামা-কুমারীশী অশেংবা থমোই উরগা, ঐথোয়না ওসি ইকাই-খিকক থুমহৌরি। অমুক্ত থওগদবদি মহাক্তা নত্তে, ঐথোয়বা উশিং-থওইদবী কয়া কয়া মাওয়া থমোই শেংবা য়াউরমথিগনি।

———×———

পোথাবীরসি।

# অরানবা চুমথোকপিসি।

| লামায় | পরেং | অরানবা | অচুম্বা |
|---|---|---|---|
| ৩ | ১৭ | তৌবিরিবা | তৌবিরবা |
| ৪ | ১ | নোক্তনা | নোক্তুনা |
| ৭ | ১৩ | চাউথ্রপোৎনিনা | হাউথ্রপোৎনিনা |
| ১০ | ২১ | শগুশবা | শগুলিবা |
| [illegible] | ৬ | [illegible]পন্থু | থ[illegible]দোকপিন্থু |
| ১৪ | ১ | ইবে[illegible] শ্যামা | ই[illegible]ম শ্যামা |
| ১৪ | ২ | [illegible] শ্যা[illegible]াকুমা[illegible] | [illegible] শ্যামাকুমারী |
| [illegible] | [illegible] | [illegible] | [illegible] |
| [illegible] | ১৮ | [illegible] | [illegible] স |
| ২৭ | [illegible] | [illegible] মুৎ[illegible] | [illegible] য়না পাবিসু |
| ২৯ | ৪ | থদা | থ দা |
| ২৯ | ৮ | ইংবুঙোগী | ইবুংঙোগী |
| ৩৩ | ৮ | কাদই- | কদাই- |
| ৩৫ | ৮ | চাবা ফংজনবা | চাবা থকপা ফংজনবা |
| ৩৬ | ২২ | খুয়োং | খুদোং |
| ৩৮ | ১৩ | চউঃ | চাউঃ |
| ৪৩ | ৭ | ওথবা | ওইবা |
| ৪৯ | ২১ | মাসি | মসি |
| ৫০ | ১৩ | sury | surry |

মরোঃ (নিংঙমদনা) তামা!

(শ্যামা তম্মাতম্মা থোকখি, মমাম নিংঙমদম্বা য়েংহোৌই)

ব্রজমঃ (ব্রজমোহন্দা) তামো, মামবদি তামোমু—!

ব্রজঃ ঐ লাকে ব্রজনন্দ।

(ব্রজনন্দ, ব্রজমোহন, চাউথোই ঙুংথ-মাংথা থোকমিম্মথি)।

কৃষ্ণঃ (য়েংলুম্মগা) য়েংউ, নথোয় পুম্নমক! মপান্দা মক্লা উম্মথা, ঐথোয়না কোরিমি থম্লবা মনি-মুক্তা কয়ানা ওসি অশেংবা মশেক-মতাপগা গোয়নন্না তাপ্লি। জগোইশাবীনি হায়বগীদমক্তা উশিং-থওইরুম্লবী শ্যামা-কুমারীগী অশেংবা থমোই উম্মগা, ঐথোয়না ওসি ইকাই-কিক্রক থুমহৌম্মি। অদুবু থওগদবদি মহাক্তা মত্তে, ঐথোয়মবা উশিং-থওইদবী কয়া কয়া মাওয়া থমোই শেংবা য়াউরমথিগনি।

———×———

পোখাবীরসি।

# অরানবা চুমথোকপিদা ॥

| লামায় | পরেং | অরানবা | অচুম্বা |
|---|---|---|---|
| ৩ | ১৭ | ত্তৌবিরিবা | তৌবিরবা |
| ৪ | ১ | নোক্কনা | নোক্ক্‌না |
| ৭ | ১৩ | চাউথ্রপোংনিনা | হাউথ্রপোংনিনা |
| ১০ | ২১ | শঙশিবা | শঙলিবা |
| ১৩ | ৬ | থাদোকপিহু | থাদোকপিহু |
| ১৪ | ১ | ইবেমা'শ্যামা | ইবেম'শ্যামা |
| ১৪ | ২ | ইবেমা'শ্যামাকুমারী | ইবেম'শ্যামাকুমারী |
| ২০ | ১১ | ফংজিল্লক্ত্‌বা | ফংজিল্লক্তি্‌বা |
| ২৪ | ১৮ | অনদর্স | অনদর'স |
| ২৭ | | অরোইবা রাহৈ অমুৎপহ্ন | "ওইবা" হায়না পাবিয়ু |
| ২৯ | ৪ | থদা | থ দা |
| ২৯ | ৮ | ইংবুঙোগী | ইবুংঙোগী |
| ৩৩ | ৮ | কাদই- | কদাই- |
| ৩৫ | ৮ | চাবা ফংজনবা | চাবা থকপা ফংজনবা |
| ৩৬ | ২২ | খুয়োং | খুদোং |
| ৩৮ | ১৩ | চউঃ | চাউঃ |
| ৪৩ | ৭ | ওয়বা | ওইবা |
| ৪৯ | ২১ | মসি | মসি |
| ৫০ | ১৩ | sory | sorry |

| লামায় | পরেং | অরানবা | অচুবা |
|---|---|---|---|
| ৫৩ | ৩ | অমা থয়চ | অমা কাউবা থয়চ |
| ৫৮ | ৭ | কয়ানা | কায়না |
| ৫৮ | ৯ | চুংশামণীগা | নিংশামণীগা |
| ৫৯ | ১৪ | ( নোক্তনা ) | ( নোক্তুনা ) |
| ৬১ | ৪ | মায়বীগা | মায়াবীগা |
| ৬৩ | ৩ | য়াকমহু – | য়াকম – |
| ৬৯ | ১৫ | ইমুংদগী | ইমুংদা |
| ৭২ | ৪ | তাইতোম্বীগী। | । তাইতোম্বীগী |
| ৮১ | ৪ | ঙমখিবা | ঙমলিবা |
| ৮৬ | ১৪ | য়াম্মী | য়াম্মী |
| ৯৯ | ৪ | ( থোরক্তুনা... | শ্যামাঃ ( থোরক্তুনা... |
| ১০৫ | ২২ | চোইনা | থোইনা |